# পথ-নির্দেশ

## লক্ষ্মী-তাকপা




হন্দোকচবা—

রঘুমণি

কোংজবী

শ্রীমতি সনাহনবী দেবী

ব্রহ্মপুর নহাবম।

অহানবা থুংনেম

১৯৮৭ ইং

কোপী অশীং

লিশিং অমা



মমল

লুপা ২০

নম্ফম

দেবলা প্রেস

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

মুপীগী লমচং য়েকপদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী পথ-নির্দেশ (লম্বী-তাকপা) হায়বা ৱারীচুনি। মশক নাইবা অইবা অমগী লাইরিকপু অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা হায়বসিমক থোইদোক্লা অশোয়-অচৌম থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অচুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল নাইত্রবা মহাওচু পামজক্রবনা হন্দোক্লুমা পাংখিরিবশিংগী মিংথৌং মাংদা লাঙ্খোকচরিবনি।

লাঙ্খোকচরিবনি

শ্রী হন্দোকচবা—

## অমা

ময়াই ওইবা থাক্কী ইমুংগী যুম্বুরেম্‌' যক্ষ্মা থুংহনা শিগ্রবা মতম অদুদা মহাক্কী ইমুং-মনুংদুসু তঙ্খায় শিহল্লম্মী। সুলোচনাগী মপুরোইবা পণ্ডিতপাবনসু তশেংনা মতুমক তৌরম্লগা চংখি। চহি অমা হেন্না অনাবা থাংহনা লৈরম্লগা নোং জি জি চুরা থুদোং চাদ্রবা অহিংদা মহাক হকচাং থাদোকখি। সুলোচনানা হরাং মপুরোইবগী অরোইবা প্রায়শ্চিত্ত তৌহল্লগা মনাওবা চংলহুনা ফৈম্ন, অতুদগী 'অমুক হৌগংখিদে। মপুরোইবনা মনা-মনিল নাইরমদনা মথরায় থাখিবা অতুগুম্বা সুলোচনাসু মনা মনিল নাইদনা ফমতুনা লৈ, লাউ-খোংহনা লৈকাই কোখোংনরুদে। চহি তরাহুমদোই শুরুনী লুহোংদ্রিবী মচানুপী হেমনলিনী ঙাইহাক্কী মমাংদগী লাপ্লুক্না ফত্না তুম্লি, মহাকপুসু হৌদোক্তে। মহাক হুম্লি, মপা শিখিবগী রাকম ফাওবা থঙজদ্রে। য়ুমদা মীনাই নুপা অমত্তা লৈতে, মীনাই নুপী লৈতে, লাম্লরবা মরি-মতা ফাওবা কনাসু লৈতে। লৈকাইগী ম শিংনু থোইদোক্লা চোকথনরবনি, মরুওইনা নুংথিলদগী অরেম্বা লৈত্তনা নোং তারক্লি হায়দুনা, চানবিহুনা ঙসি কনাসু অহিং মীশেল থাংবা লাকপনি হায়দুনা অমুক তুম্লদ্রে।

মপালদা অরেম্বা লৈত্তনা নোং চুরি। ইমুংদা শিরবা মপুরোইবগী মমাংদা সুলোচনা চপ যুংনা কমতুন্না লৈ।

মথংগী সুমিংকী অয়ুক্তা পাউ ফংহনা ময়াম পুম্নমক লাকই, সুপাশিংনা অশিবা পুথোক্লুনা মোংকমদা চংখ্রে। নুপীশিংনা যদি হাপচুনা থাই তৈথোক্লগা কপ্পা কয়খ্রে।

সুলোচনাগী লেমহৌরিবা হায়ববু তপ্পগী হৈনৌ-থৈবোংগী বাগান মচা অমথক্লুদা মন্তাইরে। লৈকাইগী মীপী মত্তেংনা মহ বাগান মচা অমথক্লুদা মন্তাইরে। লৈকাইগী মীপী মত্তেংনা মহ লুপা চামদা য়োন্থোক্লুনা মপুরোইবগী অরোইবা কর্ম তৌরগা তুশিন্না ময়ুমদা কমহৌনা লৈখ্রে। মচানুপীনা হংলকই, "কমদৌ-গনগে ইমা, সিদগীদি?"

মমানা খুম্লকই, "কৌক্লনিংঙাই করি লৈ ইবেম্মা? ঈশ্বর লৈব্রি?"

শ্রাদ্ধ লোইরবদা লেমহৌবা থরা অহনা করিগুম্বা মওং অমদা থা অমা লেম্লে। অহগী মতুংদা নোংমা অতিয়াদা লৈচিন থাংদবা উহনা নোং ঙাক্লিহৈদা খোঙ-পুং শো লোনশিন্নগা মচানুপীগী মখুৎ শমহনা লপ্তাদা থোরক্লুনা লেপ্লে।

মচানুপীনা হংলকই, "কদায়দা চংক্লদৌরিবনো ইমা?"

মমানা হায়রকই, "কলকাতাদা, নখোয়গী দাদাগী য়ুমদা।"

"ঐগী দাদানা অমুক কনানো? করিগুম্বা সুমিংতুম্ব মাগী থাদি পনবিখিদেনা?"

মমানা ঙাইহাক তুশিন লৈরুরগা হায়রকই, "অমুক কুইবসি ঐ নিংশিংলুদ্রে ইবেম্মা।"

হেমনলিনী খোইদোকা লৌশিং লৈবীন্দি, মহাক্না চপ লেপ্লগা হায়রকই, "কায়দে ইমা, কন্নাগী য়ুমদগী চংশুবনী। ইথুঙংদা লৈহনা

য়াম্না শুরবদি ঐখোয় অনিশী পুক থনগনি —ঐ য়ুম থাদোক্লুনা কদায়দসু চংলোই।"

সুলোচনানা মপুক্কিং শা'তক্লুবা খোংজেলনা হায়রকই, "লেপকসু হেম, নোংঙানগ্রগনি।"

চংনা চংনা হায়রকই, "মহাক্কা মহাকনু লাইরিক-লাইশু য়াম্না তম্বিরম্বা—পুম্নমক অদু ঊশিংদা হৈথগনু। নঙনা ঐঙোন্দা কবি হায়নিংলিবনো হায়বা ঐ থঙহ হেম! য়ুমদা লৈবদা ইমা-ইচা য়ানা পুক-মংখদি থনগনি, অদুনু নঙু কমদোহ্না লুহোংবিগদগে হায়য়ু হৈবেম্বা?"

হেমনলিনানা হায়রকই, "লুহোংবিদবা য়াম্রা?"

"জাত তাগনিনে।"

হেমনলিনীনা হায়রকই, "তাওসনু হৈদৌনি ইমা। ঐখোয় ইমা-ইচা লৈমিন্নগনি —য়ানা চরা তানগনি, ঐখোয় জাত তাম্রবা হৈদৌনি, তারগনা হৈদৌনি! পৃথিবীদা জাত য়াম্না লৈ ইমা, মচানুপীবু লুহোংবিদবদা মখোয়গী জাত তাদে। ঐখোয় অদু মল্লগনা মখোয়গুম্না লৈগনি।

মচানুপীগী বা তাবদা সুলোচনানা অমুক য়ারবা মরক অশিনসু লোকহেং তৌরকই, হায়রকই, "মসু ওইরবসু পুক্নং থাদোকপা তাবনি। জাত তারবদি কনানসু ওমাং-য়াই শিংথম্বা কাওবা কৌরগোই।"

হেমনলিনীনা অমুক পুমত্রে। মপাগা নাহংদনা কঞ্জরবা মুক্তং

ওইবা ৱাখলন; মতুং ইন্নরকই, মহুশিংস্থ নমথরদুনা মহাক তুম্মিন্না লম্বীদা চংলকই।

লম্বী অদু গঙ্গা মপান্দা তোরে মতুং ইম্না চংদুনা থুনং থেক্ল-খোয়না ফাওরগা শ্রীরামপুরগী স্টেশন থাক্লি, মথোয়না লম্বী অদুগী মতুং ইন্দুনা চাউরাক্লা য়ুথক অমরোম লাক্লগা লম্বী ময়াদা লৈরিবা সিদ্ধেশ্বরীগী মন্দিরগী মমাংদা চংলদুনা লেপ্লরে। মতুক্তা মফি য়েংদুনা হেমনলিনীনা থরুম্মী, হৌগংলগা হায়রকই, "ইমা, নোং চাল্লে, ঐ লম্বী চংগা ঈকাইজে।"

স্থলোচনা মশামকস্থ ঈকাইরিবনি। মথাদা হনুবী অমা প্রাতঃস্নান তৌবা লাক্লি, মখোন্দা হংলকই, "ইমা, শ্রীরামপুর স্টেশনগী লম্বী মসি নত্রা?"

হনুবীদুনা চাইহাক মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলগা হংলকই, "নখোয়বু কদায়দগী লাক্লিবনো ইবেম্মা?"

হংলিবা অসিগী পাউখুম পীদনা স্থলোচনানা হায়রকই, "স্টেশন্দা চংননবা লম্বী অতৈ অত্তোপ্পা লৈত্রা ইমা?"

মন্দিরগা মায়োক্লবা লৈরকমচা অমা রেলরে লাইনগা শক্থি। হনুবীদুনা লম্বী অদু উংদুনা হায়রকই, "লৈরক অসি বামোন-খোয়গী য়ুময়ামক্তদা চংলগা রেলগী লম্বীগা শরে। লম্বী অসিগী মতুং ইম্না চংলু। রেল লম্বী মতুং ইম্না চুমত্রিংনা ওইরোমদা চংলবদি শ্রীরামপুর স্টেশন পোপ থাগনি— চংলো ইবেম্মা, কীক্কনিংতাই লৈতে, কনানস্থ কৱিস্থ হায়রক্লোই।"

স্থলোচনানা করিগুম্বা মওংগী নীংহন্নবা অমত্তা তৌদনা মচানুপীগী মখুং শমহনা লৈরক অহৌদা চংলকই।

## অনি

আমহস্ট স্ট্রিটতা গুণেন্দ্রগী অচৌবা বিল্ডিং খালি ওইবগুম লৈরি। অহুমগুবা মরোলগী কা অমদা মহাক্কী তুম্ফম-কা ওইনৈ, অহুগা কা অমদনা লাইব্রিক পাকম ওইনৈ। অতৈ কাশিং অমস্থং অনিগুবা মরোল অহু পুমহাং হাংনা লৈ। মথাগী মরোলদা চাক-থোংবা অমা, মীনাই অনি অমস্থং চৌকিদার অমনা কা অমমম দখল তৌহনা লৈ, অহু নত্তবা অতৈ কাশিংহুদি শো লোল্লি।

গুণেন্দ্রগী মপাবুংনা য়োংকী কারবার তৌরমহনা শিখিবা মতমদা শেল অস্থক য়ায়া থনম্মী মহুদি, মহাক্কী মচানুপা অমত্তা নত্তহনা মচা ত্তরা লৈরম্নবস্থ কনাস্থ শেল তানবগী দরকার ওইরোই; শেল অহু অমস্থং মপাবুংগী য়োংকী কারবারহু য়োন-থোক্লগা গুণেন্দ্রনা ব্যাঙ্কতা জমা তৌশিন্দুনা চিংনবা কোক্কনা কোর্টতা উকিল ওইনা থোকখ্রে।

অয়ুক পুং তরা তাখ্রে, মতম অহু কাওবা মহাক লাইব্রিক অমা পাহনা লৈ, মীনাইনা চংলক্লগা হায়রকই, "বাবু, চাইথনবা মতম ওইরে।"

"হৌগংলনি," হায়রগা পাহনা অহুম লৈ।

মীনাইহূনা ঙাইহাক্তং নৈরগা হন্নক্লগা হায়রকই, "মুপী অনিথক্না বাবুগা উন্নজবা পান্নি।"

গুণেন্দ্রনা ঙক্লুনা লাইরিক্কুগী মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "ঐগা ?"

"হোয় বাবু, অদোমগনি। অদোমগী—"

মহাক্না বা ঙাংবা লোইদ্রিঙেমক্তদা সুলোচনা ইমুংদা চংলক্লে। গুণেন্দ্রনা লাইরিক খুমজিল্লগা হোৎংতুনা লেপ্লি।

সুলোচনানা মীনাইহূনা য়েংলল্লনা হায়রকই, "নঙদি নশাগী নখৌ তৌজক্রোচো।"

মীনাই চংথ্রবদা হায়রকই, "গুণী, নখোয়গী বাবাদি কদায়, খাবাবু ?"

গুনেন্দ্রনা ঙক্লুনা য়েংহূনা নৈ, পাউখুম পীবা ঙমদ্রে।

সুলোচনানা নোকক্লেং তৌনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা মুন্না য়েংবনা শক খঙবা ঙম্লোই ইবুংঙো! চাউরাক্না চহি তরাদিথোইগী মমাংদা নখোয়গা থংনবা য়ুম অসিদা ঐখোয় লৈরম্মী। চহি অহূদা নহাক নঙুণ খাংই; ঐখোয়সু য়ুমদা হল্লি। নখোয়গী বাবা হকান্দা লেঙথ্রব্রা ?"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে; চহি অহুম তরে মহাক শিখিবা!"

"শিথ্রবা! নহাকী ননে-ইবেম্মদি ?"

"মহাকসু লৈত্রে। মহাক্না বাবাদগী হান্নহূম চংখি।"

সুলোচনানা নুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "খঙবে ঙপ্রগী ঐদমক মঙাইহৌরে। নহাকী নমানা শিখিবা মতুম অহূদা নঙ

চহি তরেংতা শুহৌরি। অতুগী তুংদা নগুন খাংদ্রিবা ফাওবা ঐগী ইনাকমক্রদা চাউরকখিবনি। হোয়, গুণী, নহাক্কী অপোকপী নমাবু নিংশিংলিব্রনে ?"

গুণেন্দ্রনা খুদক্তা লৈমায়দা মরাইবক শোক্লা খুরুম্নগা খুয়া-উফুল লৌহনা মকোক্তা হাপ্লগা হৌগংলগা হায়রকই, "হোয়, ইমা! নহাকপু ?"

সুলোচনানা মথুং তিংথোক্তুনা মাগী মখদাং শোক্লগা মশাগী খুদোন চুপ্লগা হায়রকই, "মানি ইবুংঙো, ঐনি।"

গুনেন্দ্রনা মনাক্তগী চৌকি অমা চিংশিন্দুনা থারগা হায়রকই, "ফম্মু ইমা।"

সুলোচনানা নোক্তুনা হায়রকই, "নঙগী আশ্রয়দা লাক্লবা মতমদবু কৈদৌনা ফমদনি! ঙাইখোনে, নঙবু হৌজিক ফাওবা লুহোংদ্রিব্রা ?

হন্দক্তি গুণেন্দ্রনা নোকখোক্লগা হায়রকই, "হৌজিক ফাওবদি মতম ওইদ্রি।"

সুলোচনানা হায়রকই, "হন্দক্তি ওইরগনি। য়ুমদা মুপী-নহা কনাস্ম লৈত্রা ?"

"লৈতে।"

"চাক কনানা থোংবগে ?"

"বামোন অমা লৈ।"

সুলোচনানা হায়রকই, "বামোনগী অমুক দরকার লৈত্রে, ঙসিদগী ঐনা থোংলগনি। ফরে, রাদি কোম্না ঙাংঅরদি।

ঐগী অতৈ রা অনি-অহুম লৈরি, রাকমশিংহু ওমদ্রি। খুঅংদস্থু লৌ-ইখোল থরা লৈরম্মী। মহুনা মওং অমদা অরাং-অপা লৈজনা পুন্সি লেম্নরম্মী। অহুগী মভুংদা হৌখিবা চহিদা মহাক যক্ক্য থুংই। লায়েংবগী খরচ, অঙৈং-অশা ওনবা চংপগী খরচ, লৈজবা পুম্নমক পুমকোক কোকহল্লম্নগা থামুক্কী মমাংদা মহাক স্বর্গ কাখ্রে। হৌজিক উপায় লৈত্রবীদা চখোম অনিদং পীজৌ, মসিনি হায়জরিবা।"

মহাক্কী মমিত্তগী মপী তপ-তপ তারকই। গুণেন্দ্রস্থু মমিত্তা মপী ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্না কপ্লিংনা হায়রকই, "মমাবু মচানা চাক পীজরোই, রাকম অসি থম্না মকম অসিদা লাক্লিব্রা ইমা?"

সুলোচনানা মফি যিত্তিনা মপী তৈথোম্লগা হায়রকই, "নত্তে মুপামচা, মহু থন্দুনা লাকপা নত্তে। মহু ওইরম্লবদি অস্থুক রাংদস্থু লাক্লমদবা য়াই। নঙবু পিক্লিঙৈদা উখিবনি, ঙসি চহি অরা-নিথোইগী মভুংদা খুদোংচাদবা মতমদা নিংশিংলকপগা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা লাক্লিবনি। অহুদা নহনা রা অমগস্থু লৈ। ঐগী ইচানুপী হেমনলিনী—মা নঙমক্কী নচলমুপীনি—মানা ঐখোন্দগী অমুক হেন্না কাওবা সহায় লৈজত্রবীনি। লুহোংবগী চহি মতাং য়োরে, অহুবু লুহোংবিবা ওমদ্রি। মহুগী উপায় নহাকমক্লা তৌগদবনি।"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "মাবু পুবিরক্লিবা করিগীনো ইমা?"

সুলোচনানা হায়রকই, "পুরকই। অহুবু মহাক মায়া রারোচাউবীনি। তুংদা অসিগুম্বা রাশিংসি তাখিশন্ত্রা হায়রুনা মাবু মথাদা ফমহন্দুনা থনম্নগা ঐ ইতোমদা দ্বথক্কা কারবপনি।"

গুণেন্দ্রনা ফিংনা হৌগংলগা মীনাইবু লাউথুনা কৌরগা হায়রকই, "হাই নন্দা, মথাদা হেম কম্লিবনি, চংলো, অমুক্তা থুনা কৌয়কউ।"

সুলোচনামা হায়রকই, "মাবু কনবিবদা নহাক খরচ ত্তিংগনি—লমন অদু ঐনা করিগুম্বা নুমিও—"

গুণেন্দ্রনা মবং থংতুনা পুনা য়াংনা হায়রকই, "অংদি ইমা, ঐ মপান্দা থোকংগে, ইমানা চাংনিংবদা চাংবিহৌরো। অদুবু ঐগী ইমা শিগ্রংনা তুংদা নহাক্তা কয়া তৌবিখি, পুন্নমক অদুগী লমনগী রাকম কবিগুম্বা ঐনা হৌদোক্লবদি, অদু ওইরবদি হায়জহৌব্রিবসিনি ইমা, নহাকমু ঐকাইদুনা মপান্দা থোক্তুনা লেপ্লগনি। মদুগী শরুকপুদি নংন্দে—ইমামু তুম্মিন্না লৈবিয়ু, ঐসু তুম্মিন্না লৈজগে।"

সুলোচনানা নোক্তুনা হায়রকই, "মদুনা করে। অদুদি ওইরগা ইচামুপী য়োরক্লগনি, মাগী মমাংদা অমুক হায়রুবা য়াদে। অদুনা হৌজিক রা অমগা হায়হৌফিগে। নপুক্রিংদা খল্লুম্ব গুণী, ঐনা মমা ওইবগী মিংয়েং মতুংইন্না রা অসি হায়রিবনি, অদুনু হেম লাকপদা উগনি, নঙগী নচলনুপী শক্তা-গুনদা, কনাগুম্বা মীশক অমত্তদা চন্নবোইদবী নত্তে। মাগী মপাবুংনা মাবু লাইরিক-লাইগু রাম্না তম্বিরম্মী। অরোইবা চহি খরা অদু মদুতমা মহাক্কী অমত্তা তাইরবা মথৌ ওইখি। ঐনা হায়রিবসিনি, মুপীমচা অসিনা লৈরক-লৈরকুবা ইমুং অদুবু ডালহনগনি। ও হেম, সোমদা চংলকউ মুপীমচা, মহাক অসি নঙগী গুণীদাদানি—খুরুম্মু।"

হেমনা কা মথুংদা চংলক্লগা কুম্থত্নমা গুণেন্দ্রদা খুরুম্লগা মরু লুক্লা লেপ্লরে। মাগী লমশাং লাকপগী কাহংলবা মাইথোংদা য়েংলগা গুণেন্দ্র ছকপনা তৌকম খঙদনা লেপতুনা লৈরে। স্থলোচনানা ফিভম অদু উবদগী ওইরম্বা মাই, হায়রকই, "গুণী, হেমবু নঙগী নখুংমক্তদা শিন্নরমগদবনি, করিগুম্বা লৈবাক্কী চংনবীগী অথিংবা লৈরমত্রবদি। ঐ শিরগা হেম লুমিং তরানি য়ুম মাংগনি, নঙস্থু লুমিং তুম্মি মা পদবনি, অদুনা খম্মগী মতুংইন্না মা নঙগী নচল থোকই।"

গুণেন্দ্রনা হন্দাক্তি মশানু ফাথজরগা হেমদা হায়রকই, "হেম, জারেদনা ঐখোয়গী ইমা অমত্তনি। ইমাগী য়ুমদা ঐগীগুম্না নঙগীস্থু চপচানা হক লৈ। চংলসি নখোয়গী চাননব; শিল্লুসি।"

স্থলোচনানা খঙহৌদনা হায়রকই, "নঙক্তা উরিক-নগুন উদেনা!"

গুণেন্দ্র ফুরিং লিংলে, মক্তাক্তা মশাদা হন্দুনা অমুক্তং য়েংলগা নোক্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়দি ব্রাহ্মনি।"

"ব্রাহ্ম! নত্তে নত্তে ইবুংঙো, মদু অফবা নত্তে। অমরু ওইরবস্থু প্রায়শ্চিত তৌদুনা উরিক-নগুন থাংউ।

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "থবক অদু ঐনা তৌখিবা নত্তে, বাবা মশামক্তা তৌরম্বনি, অদুবু, প্রায়শ্চিত তৌবগীস্থু করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা উদে। ব্রাহ্ম-মত অসি ফত্তে হায়না খন্দে।

---

*ব্রাহ্ম—রাজা রামমোহন রায়না লিংখৎলম্বা অনৌবা ধর্ম্মনি।

স্থলোচনা মপুক্কিংদা অকনবা চৈনাখোন কাওবগুম কমথরে। মাইহাক লৈরগা মুংশামপী কোন্দোক্লগা হায়রকই, "খণ্ডরেদা করিগীনো মীওইবনা অসুক হাক্লা রাখল চোইনরিবা।"

গুণেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়রকই, "রাখল চোইবগী মী অতৈ অঙমদসু থাংজবা য়াই ইমা, হৌজিক্কি চাকশংদা চংলসি।"

## অঙ্গম

লগী-চংশনা উথাদা চাক থোংহুনা চারগা চফুহ্ হুন্দোক্লমহুনা চংখি অমসুং মতম অহুদা হৌ। য়েংলুদে চফুহ্ কায়হৌরা কায়হৌদরা, সংসারদা মী চামদা মখিষুইরাদি মহো অশুমমক তৌহুনা সরস্বতীগী মকমদগী ওইজবা তাল্লগা ইমা লক্ষ্মীগী লম্বা ময়দা মুংশিন-হৈতবা মওংদা মহাকপু লাক্কুনা লংখোকই—হয়া অমুক্তা ফাওবা য়েংলুদে মহাক কায়রত্রা হিংহৌরিব্রা। গুণেন্দ্রনা মতৌ অহুম্না তৌদে। মহাক্না মপুন্সিদা শ্রদ্ধা লৈনা সেবা তৌজরকপগুম উকিল ওইরবসু তশেংনা মহুম্না তৌদুনা সরস্বতীগী সেবা তৌরি। মহাক্না লাইব্রেরী কা লাইরিক্লা থম্না লৈ ; কা অহুমক্তা মনুংদা হেমনলিনী থোইদোক্লা চংজকম ফংজে। গুণেন্দ্র পোং লোইশিন-থোমজিনবা হৈবা মীওই নত্তে হায়হুনা মহাকী লাইরিক আলমারিগী মপালদা অমুক্কং থোকত্রবদি মহু অমুক শাক হেক মনুংদা চংবা ফংলমদে। টেবিলদা, চেয়ারদা, মখাদা গালিচাদা হাক্কুনা মতম শাংনা লৈরদ্দা করিগুম্বা মওং অমদা নন্দাগী মতেংনা মনুংদা চংবা ফংই সরকার লৈরবন্থু

মপাক্তা অমুক থোক্তে—অতুম মরক্তা তৌনখি। লাইব্রেরী লিস্ট অমম্ব লৈরম্মী হায়বা য়াই, অতুবু মতু খবক্তা শিজিন্নবা উপায় মচেং অমত্তা লৈরমদে।

হেমনলিনীনা চৌধুরজায়নরিবা অপু নুমিৎ হুম্নি-মরিনিগী মতুংদা মওং তানা শেমজিন্দুনা থম্মে। নোংমা আলমারি অমা শংদোক্লুবা লাইব্রেরিক পূম্নমক মখাদা থাংথরে, অসিগুম্বা মতম অসিদা গুণেন্দ্র কাউদা চংলকই। মহাকপু উবদা হেমনা হায়রকই, "গুণীদাদা, লাইব্রেরিকশিং অসি অসিদগী আলমারিসিদা, অসিদগী লাইব্রেরিকশিংসিনা সিদগী আলমারিসিদা হাপ্লবদি য়াম্না সুবিধা ওইগনি।"

গুণেন্দ্রনা কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই, "করি সুবিধা ওইগদগে?"

হেমনা হায়রকই, "এঃ, সুবিধা ওইরোইদ্রা? উদব্রা, লাইব্রেরিকশিং অসি সিদা কমদৌই—"

গুণেন্দ্রনা শককম হক্তিনা হায়রকই, "উরে হায়বা য়াই, সুবিধা য়াম্না ওইগনি।"

হেমনা চৌকি অমদা ঙেক কমথরুগা হায়রকই, "চৎপিয়ো চৎলো— লোইশিন্নরোই, নহাক্কী ফনবা তৌরুবগী কান্নদে।"

গুণেন্দ্র লাইব্রেরিক অমা লৌরগা নোক্লুনা মপান্দা থোকখ্রে।

কা অসিদা হেমনলিনী অমুক্কী নুংদাংগী লৈ হারহুনা গুণেন্দ্র হক্তক-মরক মহাক্কী তুম্কম কাদা কমহুনা লাইব্রেরিক-লাইঙ তৌই।

নোংমা নোংমাইজিংগী নুংথিলদা হেমনা মপান্দগী কৌরুনা হায়রকই, "গুণীদাদা, চংলক্কে ?"

গুণীনা মন্নুংদগী খুম্নখি, "চংলকউ।"

হেমনা কা মন্নুংদা চংলকপগা হায়রকই, "নহাক্কা মতম পুম্নমক্তা তুমকনবা অসিদা লাইরিক পারিবা করিগীনো ?"

"দোন করি নৈবগে ? কাসিদা পারবদি লাইরিক হৈবা কন্থগদ্রা ?"

"নহাক্কা লাইব্রেরী কাদা অস্থক কুইবসি পাবকপদি হন্থনা হৈরকপ্রা।"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "হন্থদে কায়বা য়াই, অহুবু শংলখী—বাসিদা মহুশিংহু মুল্লে।"

হেম অহানবদা নোক্লকই, অহুবু রা অহু ভাব তাবা উমদ্রহুনা শককম হজিন্না হাপবকই, "নহাক্কি ফাগি-যরাংদা তৌই। নহক রা অমত্তম্থ চয়া ড'ংবা হৈব্রো ?"

গুণেন্দ্রনা খোঙেল থোক্তুনা নোক্লকই, পাউপুম পীদে।

হেমনা হায়রকই, "অহুবু ঐদি খঙই, কা অহুদা ঐ নৈ হায়দুনা নহাক চংদ্রিবনি। ঐবু নহাক্কা ঈকাই। অহুবু ঐদি নহাকপু অস্থপশিং ফাওবা ঈকাইদে।"

গুণীনা হায়রকই, "করিগী ঈকাইদ্রিবনো, ঈকাইকমদি থোকপনি।"

হেমনা মমাইদা চাইথরম্বা শম্লাং মখুংনা খোমগত্তুনা হাই-গৎলগা হায়রকই, "নহাকপু অমুক ঈকাইরুবা তারিব্রা, নহাকপু

মীতোপ্পা ? মদু য়াক্নোই গুণীদাদা, চৎসি কা অদুদা।" হায়রগা মহাক লাইরিকশিং অদু থোমজিল্লগা পুথুনা মপান্দা থোকখ্রে।

হেমনা মতম চুপ্লদা শিননবগীদমক্তা লিক, খুজি, লৈ অসিন-চিংবা সনাগী লৈতেং কয়ামকম গুণীনা লৈশিন্নরকই। সুলোচনানা মদু উবদা হায়রকই, "করিগীনো সুপামচা পৃষ্মক অসিবু ?"

গুণীনা হায়রকই, "থরুসিদনা টোংলৈনগনি ইমা, অমুকক্স য়াম্না কেন্নহুম থোম্লিংলিবনি। লিক কোল যাউদনা সুপীমচানা মপান্দা থোকপা য়াদে।"

সুলোচনা অমুক রা মথা তাথবা ঙমদে। অদুবু মহাক মপুক্লিংদদি নিংজিং-মাংজিংনরকই। মখোয় অমি অসি কমদৌ-হুনবো অস্তুক হাক্লা চার-চিরক্লিবসি, রাকম অসি মহাক্লা মরক মরক্তা হেক হেক থল্লকই। নোংমা মহাক্লা গুণীবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "লাক্লিনা হিয়াঙ্গ থা অসি লাম্হোকহল্লিংদে সুপামচা। মওং অমদবু ওইরববু মাবু লুকোংথোকপিদনা য়াদ্রে। সুপীমচা চাউশিল্লক্লে।"

গুণীনা হায়রকই, "মদুগীদমক রাবিক্লল্ল ইমা। অদুবু মথোঙ-মথুং পুনশিল্লগা জেলদা থমলুবা ফাওবদি ঙমজরোই। মতিক চাবা সুপা পাম্মী।"

সুলোচনানা নুংশামপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "সুপা অক ফত্তদি মাগী মরাইবক্লি, গুণী ! ঐখোয়গী থবক ঐখোয়না তৌগনি, অদুগী মতুং তাবদি ঈশ্বরগী মখুত্তা লৈ।"

"মহু অচুম্বা বা নত্তে," হায়রম্লগা গুণী চংখ্রে। মহাক্কী মাইথোংদা অমুবা মমি অমা তাংলে, সুলোচনানা উরগনা লুংশা মপী অমগা অমুক হোন্দোক্লগা মশাগী মথোদা চংখ্রে। মপুক্লিংদা থল্লকই, নত্তে, চুমদ্রে—মারিবমখৈ থুনা কনাদনো থাজথোকপিবগা কৈ।

সুমিৎ কনা কুইরবগী তুংদা হেমনা থঙকোদনা চংলকপগা হায়রকই, "হৌজিক কাওবা তুম্লিরা—কি কোংখ্রিরা? থুনা হৌগংলো।"

গুণীনা কয়ংদা ক্লিপ্পনা তম্মিশা য়াংচুমা লৈ। হেমনা আলমারিগী মথাদা চংশিল্লগা আলমারি শং হাংদোক্লগা নোট মপুল অমগা অচোংবা করম লৈথোক্লগা মফি যিজিদা কিশিনখ্রে। শো পোল্লগা মনাঙ্গা চংশিল্লগা হায়রকই, "নাংথোঙদা ভুতরি গুণীদাদা, অমুক থিজরম্লু হৌগংলো। তুকানা থিংখ্রগনি।"

গুণীনা মহাক্কী অকে-অমো উবদা থরম্মখ ভাবনা শাবম্মী, হংলকই, "কদায়না চংসি কায়বিবনো?"

হেমনা ক্লিংনা হায়রকই, "ভকচরেদা! গাড়ী যেডী তৌ কায়না পুং অমগী মমা দা হায়খ্রবনি। হৌজিক মহাক্না কদায়দা চংসি কায়বিবনো হংলিবা!"

গুণীনা হায়খ্রাই, "কোচমেনদি থঙলম্বা য়াই কদায়দা চংকদোরিবনো হায়বা; ঐদি কোচমেন নত্তে, ঐনা কমদোনা থঙগদগে?"

হেম নোকথোরক্লে, হায়রকই, "নহাক করিগী কোচমেন ওইগদৌরিবনো গুণীদাদা? চংলসি, দুকান থিংগ্রগনি।"

"করম্বা দুকান?"

"লাইব্রিকী দুকাননে! নঙোন্দা মানদানা হায়রমদ্রা? ঐনা মঙোন্দা হায়খিবনিনে! ফজ-ফজবা অনোবা বাংলাগী লাইব্রিক ফোংলে—ঐনা লিষ্ট অমা শেম্লে।"

মহাকী মখুত্তা চে মচেং অমা পায়বা উরদুনা গুণীনা মখুং তিংথোক্লুনা হায়রকই, "লিষ্ট য়েংসি।"

"য়ারোই, অদু ওইরবদি নহাক্না লৈহল্লরোই।"

"অদু ওইরবদি হুরান্দুনা লৈরুরবস্নু পাহল্লোই।"

হেমনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ফরে চংলসি, গাড়ীদা য়েংহনগে।"

সন্ধ্যা মতমদা মংখোয়না লাইব্রিক গাড়ী অমা থন্না লৈরুরগা হল্লক্লে। স্থলোচনানা মদু উবদা হায়রকই, "ইস! অস্নুক য়াম্না লাইব্রিকপু কৈদৌনা বনোনে!"

গুণীনা হায়রকই, "কনানা থঙগনি ইম', পূম্নমক অসি হেমগী লাইব্রিক্তি। কাম্নদবা লাইব্রিক ময়াম অমা লৈরুহনা শেল সাংহল্লুরবনি।"

স্থলোচনানা হায়রকই, "নঙনা শেল পীরিবা বরিগীনো?"

গুণীনা হায়রকই, "ঐনা কৈদৌনা পীগদগে? শোদি মাগী মখুত্তা লৈ, মহাক মশানা শেল লোথোক্লবা, গাড়ী রেডী তৌহল্লবা,

অহুগী মতুংদা মশানা লৈহনা পুৱরুবা—ঐদি গুণগী চংখিমরুবা মখৈতনি।"

হেমনা লাইরিক ম'প ম'প নন্দাগা মানদাগদা পীরগা থরনা মশামক্তা থাংহনা অহুমশুবা ময়োলগী কাদা পুহনা চংখ্রে।

সুলোচনানা হায়রকই, "গুণী, অহুক হাক্তা মথৌ শংলুহ্ সুপামচা! কদায়দা কনাগী মথুত্তা তারুগনি, মতম অহুদা থাবনা শিগনি।"

গুণীনা মথক্তা লাইরিক পাকম কাদা চংলকপদা উয়ে, হেমনা গ্যাসকী থাউমৈ মখাদা কয়হনা লাইরিকশিং অহু লিষ্টকা চাশিনরি। হায়রকই, "ইমানা হায়রকই, নঙোন্দা অমুক মথৌ শঙ্গহু। কদায়দা কনাগী মথুত্তা তাহনা অরা-অনা নংহনা শিগনি।"

হেমনা মমাই লৈথোরক্তনা শাক্তরংননা হায়রকই, "কৈদোনা শিজরুগদগে? ঐবু লাইর-অনংবগী ইমুংদা থাজয়বদি ঐ নোং-চানবগা হেক্তা চেন্নকনি।"

গুণীনা নোক্তনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি অহুনা কৈ।"

হেমনা অমুক পাউথুম পীক্রে, থবক তৌহনা লৈ। গুণেন্দ্র চাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা য়াম্না তেনবা মুংশা মপী অমা কাজিন্দুনা মশাগী কাদা চংখ্রে।

দুর্গাপূজা লোইখ্রে। বিজয়া দশমী নুমিত্তা গাড়ী তোংহনা লাই থাদবা য়েংলুরগা মমাবু খুরুম্নরগা হেম মথক্তা কাথংখ্রে। অহুমশুবা ময়োলগী অহাংবা ছাদ মথক্তা থাবলগী মঙালদা গুণেন্দ্র হঙ্গং-হন্দা চংতুনা লৈ, হেমনা মমাংদা চংশিল্লগা মহাকী মখোঙদা

মৱাইবক শোক্না খুক্নমগা থুৱা-উকুল লোৎনা হাপ্লগা ফোৌপলেকই।
গুণেন্দ্রনা ৱা-লাং ভাংদনা মহাকী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈরগা
অমুক্তংদি মতাক মাইকেং ঈকাইবগুম ফোৌরকই। অদুগা খুদক
অহুমক্তদা হায়রকই, "এৌগোন্দা আশীর্বাদ পীবিরেম্বা গুণীদাদা?"

গুণেন্দ্র খঙকাগুনপ্রে। খুনা থাংনা হায়রকই, "কৱিগী
পীরমি।"

"কদায় পীরিবদি?"

"পুক্লিংদা পীরবনি।"

হেমনা মচিম খুমহুনা নোক্লগা হায়রকই, "কৱি আশীর্বাদ
পীবিবগে হায়রিবু।"

খুদোংচীবদা ভাবহুনা মশমথংদা গুণেন্দ্রনা শকক্ষম কল্পিগা
হায়রকই, "আশীর্বাদ ফোৌরগা হায়দোকপা ফোৌনদে। অহু
ওইরবদি ফগ কংলোই।"

হেমনা হায়রকই, "করে মহু য়ারে, ইমা খুরুমরী?"

"মহুবুদি সুংতিগী খুরুম্বা।"

হেমনা ফিংনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মহু য়ারোই। ভসি
বিজয়া দশমীনি, ভসিদি পোটদোক্না ইমাবু খুরুমগদবা নুমিৎনি।
খুনা চৎলো—অহু নত্রবদি মতাক মথবায় নুংঙাইরোই।"

গুণেন্দ্র মখাদা কুমথপ্রে।

য়েৱা থাগী থায়ায় চনশিল্লকপদা লোংবা হেম নোংখাংঙুক
য়াংনা ইমুংদা চংলকপগা হায়রকই; "নথোয়গী বারেম ভনিংঙাই

অইহে লৈরক্লা, অদুগা নখোৌ তৌনিংঙাই লৈরক্লা ? কবিগীনো, ঐনা নখোয়গী করি তৌগ্রবগে ?” হায়রগা মহাক কপখোয়রক্লে ।

গুণেন্দ্রনা তৌফম থগুক্রহুনা হায়রকই, “করি তৌরবগে হেম ?”

হেমনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, “নরিস্ত থজদবগুণ্ডী ! করি তৌরবগে হেম ! ইমানা হায়রিবা, শান্তি ররবা নদায়দনো পুম্মক লোইনক্লে ! ঐনা করিগুম্না লুকোংদ্রেবদি নখোয়না ননচনা ইখোয়-ইথুং পুনশিন্দুনা লুহোংবিবা ঙমগদা ?”

গুণেন্দ্রনা হক্কি ভাব হারত্তনা নোক্কুনা হায়রকই, “ওঃ— মা অদুনী ওইরে ! চাউবক্লে, নঙরু লুহোংবিরমোইদ্রনে ?”

“হোয় ।”

“হোয় হায়রবদি করিনো ? লুহোংবিদনবদি জাত লাগনিনে ?”

“লুহোংদ্রবদি নখোয় জাত তাগদ্রা ?”

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, “ঐখোয়দি তারোই— ঐখোয়দি ব্রাহ্মনি । অদুগু নখোয়দি মতম চানা লুহোংদ্রবদি জাত তাই, অদুনা মতমদুদা লুহোংবিবা হাবনি ।”

হেমনা মপী তৈভোক্রগা হায়রকই, “নখোয়গীদুনা হৈ । নখোয়দি মীমি, অদুনা মীওইববু মতৌ অম্মা ফা-পুন্দুনা হাপ্তোক্লে । ঐ করিগুম্না মঙংদম্ব যুমসি থাদোক্কুনা চৎপা ঙম্মোই—নখোয়না কনা লৌতুনগে হায়বমখে লৌতুনজরবগ্ন ।”

গুণেন্দ্রনা মহাকপু খেমজিগরবগী মাখলদা খোজেল পুংশিনা হায়রকই, “মহাক মামা ঔনাকপুনবা ইমুংমি । মহাক্কু মপুক-মপাউ

কৈ, লাইব্রিক কৈ, মবুদ্ধি লৈ, অচৌ-অশাং মচাম্নি, মকম অহুদা নহাক করিন্থু রাকনিংঙাই লৈরোই।"

খজিত্ত্বন্থু ঈংথনা মচিং লাকুনা মশম-মনা বদং বদং কোইদংলগা হেমনা হায়রকই, "মহু য়ারোই—শুপয়া য়ারোই, ঐ নঙোন্দা হায়খৌরিবনি। ঐ নখোয়গী মচি অমদা ভুম্মিরা কুন্দুনা লৈগনি, ঐবু পীজ-পীথকপিয়ু হায়দে। ঐ চরা হেন্দুনা লাইব্রিক পাকম কাদা উতুপ তারগুম তাহুনা লৈজগনি— ঐনা করিন্থু পীয়ু হায়জরোই।"

গুণেন্দ্রনা নোকুনবা হোংনরগা হায়রকই, "মকম অহুদস্থু নঙগী লাইব্রিক পাকম কা কংগনি। লৈরমগ্রগনা নহাক্কী কা অসিদা লৈরিবশিংসি ঐনা মকম অহুদা থিনবিরকনি।"

হেমনা রা অসি মনাদা হাপ্তুনা কপতুনা হায়রকই, "নহাক্না করিন্থু তৌবিরুনু গুণীদাদা, বিরিস্থু তৌবিনু। লাব্রিবা হিয়াঙ্গ থা অসিদা? থা অসিগী মতুংদা? নখোঙদা তুজরি গুণীদাদা, নহাক্না হন্দকীসি থুগায়বিয়ু।"

মহাক কপ্পা উবদা গুণেন্দ্র মশামকস্থু মপী ঈরা চেক্কে। মহাক্না করিগুম্বা মওং অমদা মশাবু কাথজরগা হায়রকই, "অহুবু য়াত্রনে ইবেম্মা? মহু য়াদে। রা পুম্নমক লোইখোক্লরবনি।"

"কান্নদবা য়ারেম্মি! ওইরোইদবদা রা লোইখোক্কনি! নহাক্না শিল্লকপনি, নহাক্কবু পাম্বদি থুগায়বা ঙমগনি। ইথুং লোম্নদুনা হায়জরিবসিনি গুণীদাদা, ঐনা হায়জরিবসি য়াবিয়ু।"

সুলোচনানা মপুক্লিংদা চিংন-চিংনদা মাগী মতুংদা তপ্না মথক্তা কারকই, কা মন্নুংদা চংলক্লগা শাউনা হায়রকই, "নঙনা তৌরিবসি করিনো হেম! অঙাওবীগুম করিনো চোইরোল লোল্লিবহ্? য়ারেপ্পপ্রবদবু লৈথোক-লৈশিন য়াখিগদ্রা? অহ্নপা থুগায়গদৌরিবনা করিগীনো? নঙগী নরাইবক ফবনি মহ্নদি, অসিগুম্বা নবুং কংজবসি। অসিগুম্বা ঙাই-শেল কংলে— নঙনা করি হায়বিবা, থুগায়বা? বাঙালী নিঙোলনা খ্রীস্টান নিঙোলগী মতৌগুম হন্নবী ওইরবা ফাওবা লৈশাহ্ননা লৈরগে হাযরিব্রা? চংলো মখাদা কুমথখো।"

হেম চংথ্রে, সুলোচনানা গুণেন্দ্রদা য়েংলহ্ননা হায়রকই, "বসি পূয়মকসি অহিং-নুংথিল নাইদনা লাইরিক পাবগী কলমি। পুং কুনমবি নোভেল, নাটক পাহ্ননদা লৈরবদি অপুম্বা মাথা চোইগল্লি। হিয়াংগৈ থাদা মওং অমদবু ওইরবস্নু মাবু বিদায় তৌখিদবা য়াদে।

গুণেন্দ্র তুশিন্না ফমহ্ননা লৈ। সুলোচনা ঙাইহাক অমুক লেপ্লুনা লৈখম্লগা তপ্না তপ্না কুমথখ্রে।

নুমিং নিনিগী মতুংদা কে'র্টতগী হল্লক্লগা করিনো লাইরিক অমগীদমক্তা গুণেন্দ্র লাইব্রেরী কাদা চংলকই, মনুংদগী হেমনা লাউরকই, "চংলকনু গুণীদাদা, ঐ চাক চারি।"

গুণীনা ঙকচায়রনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "চাওদনা! ঐনা ইমুংদা চংলক্লবদি মাংগদ্রা?"

হেমনা হায়রকই, "কা থুংনা কার্পেট থাইনে।"

গুণীনা হায়রকই, "নঙগী মীনাই অুপী মানদানা চংবদদি লাক্ত তাদে, ঐনা মঙোন্দগী হেন্না ভোনত্রা ?"

হেমনা ঈকাই-খাংদগী নোক্কুনা হায়রকই, "করে, চংলক-ও, ঐ চাক চাবা লোইরে।" হায়রগা পুখমচু ইপ্পোক্কুনা টেবিলগী অসোম থংবা চিনায়দা থমগ্রে।

"নঙে নঙ্গে, নঙ চাক চাথোকখো, চাখো. ঐ কি হোং-দোকউখিগে।" হায়রগা গুণী থুনা য়াংনা চংগ্রে। মহাক্কী মপুক্তা গ্রোক গ্রোক চাকপগুম তৌই।

থংনবা নুমিংকী পুং তরা তাবদা, গুণী চাক চাবা লোইহনা হেক হোৌগংখিবগা হেমনা বদোমদগীনো চেনশিল্লক্লগা মথম অহুদা ভেক কমথরগা হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, পুখম অসিদা ঐগী চাক হাপথরিরো।"

আজ্ঞা-ইবুংঙোনা ঙক্কুনা হায়রকই, "মহাদি বাবুনা চারম্বনি।"

হেমনা হায়রকই, "হোয়, হোয়, হাঙই, নঙনা চাক্তা হাপথরবউ।"

থংনবা কাদগী ভারহনা সুগোচনানা মশাক্তা চংলক্লগা হায়রকই, "তৌরিবহু করিনেনে হেম! মহাদি গুণীনা চারম্বা লুথাক ওইরবা পুখমি, চংলো, নফি হোংদোকউচো অহুগা গঙ্গাজলনা সেংদোরবউ।"

পুখমদা লেপ্লম্বা চাক চখোম অমা ময়াদা হুক্লগা হেমনা হায়রকই, "আজ্ঞা চাক হাপথররো। গুণীদাদানা চারম্বা মফমদা

ফমহৌনা মাগী লুখাক চাবা সংসারদা মী কয়াগী লাইবক্তা ফংজরমগদগে ? লুখাক ওইরবা পুথম অসিনা চাক চাজবা ফংবদি ঐগী ইরাইবক ফবনি।"

সুলোচনানা চঙক্লহৌনা মুন্না যেংহৌনা লৈ, বামোন্না চাক-ইষ্টাং অমুক লৌরুরগা থাপথরক্লে।

গুণী মাঙ্গোলগী অসোম থংবা নাকলদা মটিন তেংলি, পুন্নমক তাখোরে। মথা মতুংদা মহাক্না হেমদ হায়রকই, "ঙসি হেম জাত তারে!"

হেমনা লাইনিক অনৌবা মমা মপুক্লিং চংনা পারি, মমাই হাইগংলগুনা হায়বকই, "নঙোন্না কনানা হায়বগে ?"

"হায়নিংঙনা হায়জস ; জাত তাগেদনা ?"

হেনা মমাই হাইগংলগা হায়বকই, "নহাক্না চারম্বা পুথমদা চাবদা জাত তাদে—জাত শেম্লিবা মখোয়হৌম্ম তারোই।"

গুণীনা লপ্তুক্না চেয়ার অমদা যমথরগা হায়রকই, "মহৌ ওইবা ওইসন্নু, অহৌবু তোরুরিবহৌ অথবা নত্তে। জাত নাইবা মখোয়দি মশা-মশাগী ভাত অহৌ ঙাক্না চংপা চুম্মী। মহৌদা নঙনা ইমাবুম্ম মথরায় পুংঙাইহন্দিবিনে!"

হেমনা ঙাইহাক চুম্মিন্না লৈরুরগা থঙকোদনা থঙশাট্ট শাট্টরকগুম হায়বকই, "মসি নহাক্কী য়ুম নঙবগুম্মী, নহাক্না থাইদগী মথা থাব, থাংদগী তোস্থবা মীশকুম্মী। মসি করিগুম্বা নহাক্না থাংবা ঙম্লবম্ম ঐদি ঙম্মোই। নহাক্না চারম্বা পুথমদা চাল্লবদি ইমা মথরায় পুংঙাইতে, অহৌবু চাদ্রবদি ইমাদগী হেন্না

ৱাংবা মহাক অহুবু মথৱায় মুংঙাইহন্দবা ওইনা থোক্কনি। ফক্কে, নহাক হৌজিক চংলো—ঐ ঙাংবা থদাং চোক্লে, লাইব্রিক পাখিগে।" হায়রগা মহাক ফাক্কোক্লিবা লাইব্রিকী লামায়দা খুদক্তা লুকথখ্রে।

গুনেন্দ্র ঙাইহাক চপয়ুংনা যমহুনা লৈরম্লগা তুম্মিন্না হৌগৎতুনা চৎখ্রে। মহাকী মমিত্তা কুপ্পশিল্লস্না অমুবা কিজং অমা ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা কদায়দনো মাংখিবগুম ত্তৌই।

## মরি

হিয়াঙ্গে থাগী অম্মোইবদা নবদ্বীপ্তা ঈনাক-খুনবা ইমুং অমদা হেমনলিনী লুহোংখ্রে। মহাক অরাপ্পদগী গুণীদাবু খুক্কুম্লগা মপু-রোইবগী যুমদা যুম্বানবা চৎখ্রে। মফম অহুদা মকুবোক, মনেম্বোক, মচে-মনাওনুপী, মনম্মা-মচলনুপী কনাস্থু লৈরমদে। মপুরোইবগী হনুবা মথৌ অমস্তুং মপুরোইবগী লুহোংদ্রিবা মনাওনুপা—মহাক কলিকাতাদা কলেজ তম্মি।

কিশোরীবাবু মশাগী চহি কুন্থ্রাংক্লোম শুরে। লুহোংলবা মতুংদা মহাক্না স্থলোচনাবুস্থ যুম অসিদা পুরক্লবা কন্না তক্করম্মী। স্থলোচনানা য়াররুনা মচানুপীদা চিঠি থারকই। মহাক নবদ্বীপ্তা লৈহুনা পূণ্য তান্নিংই, মসি মাগী অপাম্বনি।

হেমনলিনীনা পাউখুমদা ইরম্মা, নহাক্না লৈরিবা যুম অহু ইমা, যুম অহুগী মনিল ফংবদা নবদ্বীপ অপুম্বা লান্নরবা য়াই।

মকম অহুদা লৈহৈনস্থ নহাক্কা পুণ্য তানবা ভমগ্রবদি বৈকুণ্ঠদা চংভুনস্থ তানবা ঙংলোই। মাবু থাদোক্লমহুনা কন্নিগুম্বা নহাক লাকপা থোক্লবদি ঐ ইশামক চংভুনা মাগী মনাক্কা লৈক্লগনি।

মচানুপীবু মহাক্কা মুন্না থঙই, অহুনা চংপা ভমগ্রে হায়রবা মাই, অহুবু মহাক্কী মপুক্লিংদি অমুক্তা থঙত্রি-উদ্রিবা নবদ্বীপকী ময়াদা অহিং-নুংথিল চুপ্পা কোইনা চংভুনা লৈ।

মতৌ অস্থুম্না থা তরুক হৌগ্রে। নোংমা মহাক অমুক লৈবা ভমগ্রহনা করিনো উংসব অমগী থোদোক্তা নন্দাগা লোয়নহুনা চিমর তোংগ্রে। মফম অদু য়োরগা মহাক্কা মচানুপী অনাশক মানবা উবদা মথরায় ব্রাহ্মনা হায়রকই, "সিদা কনাস্থ লৈত্রা, নঙবু য়েংবি-থিবিদমাল্লে।"

মচানুপীনা হোয়-মাই অমত্তস্থ খুম্লক্তে।

উংসব লোইগ্রে, অদু ওইরবস্থ মহাক হনবগী মওং লৈত্রে হায়রবা উহুনা নোংমা হেমনা হায়রকই, "কয়া কুইনা অমুক ময়া-মুপাগী য়ুমদা লৈথিগদগে ইমা? খীনা থীনা ঙাংনগনিনে!"

সুলোচনানা শাউনা হায়রকই, "ঐ তাম্বোকপবু ঙম্নবদি নঙ হিংলম্লিহে! মসি অমবু ওইরবস্থ ইচা-ইয়াগী য়ুম্নি, মকম অহুদা ইশাগী কয়স্বা য়ুম লৈহুনা হনগদৌম্লিবনো হায়রু?"

হেমনা ঙাইহাক চঙক্লুনা কমহুনা লৈরগা হায়রকই, "নহাকী দোষ লৈত্তে ইমা, মসি ঐখোয় সুপীগী হৈনজবী থর্মনি। ঐখোয়না ঐগী মীগী হেক্তা কাউথোকই।"

মমাবু লৌরনবশীদমক গুণেন্দ্রনা মখুমগী গোমস্তাবু চিঠি ইকরগা থাগ্রে।

মুমিং নিনিগী মতুংদা মানদা অমম্বুং চৌকিদার লাক্তুনা থুংলরে। হেমনা মানদাবু কৌশিল্লগা হংলকই, "গুণীদাদা লাক্তিবদি করিগীনো ?"

মানদানা হায়রকই, "মফাকস্তু মাখি। চাউরাকুম হাপ্পা অকিরেংম কারক্রে, লোক থুংহৈ, থুই, কম্বিক্তুগা মুমিজুনা লাক্কৌ মান্তই ; অদু নত্রবদি মশামক লাক্লমগদবনি।"

গুণীদাদা লাকনি হায়না হেমনা অাশা তৌজরম্বনি।

সুলোচনা চংক্রে। গুণীনা দাংথং, পম্বাপ শিল্লগা মীনাই মুংপা মংখাঙ্কি মুশীগা লোয়ননা থাংহনা মথাকপু অমুং-অশা ওয়নবশী-দমক্তা নোংচুপ্পা থাগ্রে। চংলামলগইনা হায়রম্মী, "গুণী, নঙমা এশা লোয়ননা চংকুসি ইকুংঙো, নঙগী নঙমাক্তম্মু কয়া শেংলে— চথকি এখোক অমি চংকুসি।"

গুণেন্দ্রনা মচু যাম্না ওমল্লে। কম্বিকাঙদা মখাকী থকক লৈ, মখাক লৈখোংখে।

নোংচুপ্পা লৈহনা সুলোচনা লাংয়েংলি। মথাক্তা মরক্কী অমম্বুং কলিকত্তাদা চিঠি ইহনা পাউ থাহনদ্রে। মহৈরোই মকচাং থংংমা ইরম্বদি মাকচিংগী থাখেদা হৈরম্মা মরুকনি।

হৌরিবা চহিগী হিয়াঙ্কেগী কুলমরিকি পানবদা হেম নুংহাংবি চসি হিয়াঙ্কেগী কুলমরিকি পানবক্তা অদুক থুংলরে। থংহৌকনা

য়াকম অসি নিংশিংলকুনা গুণীনা ডাইহাক্কী ওইনা লাইরিক্কী মমাই লৈখোক্নুনা তরং-মালংদা তাউনা খোঙনাওগী মপান্দা য়েংলকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা মনিংখোঙগী মপান্দা লেপ্লুনা অনৌবা চৌকিদারনা ( হিন্দ'দা ) হায়রকই, "মহারাজ, অথুবা টেলিগ্রা'ম অমা লাবই।"

গুণীনা মমাই লৈখোক্নুনা য়েংলকই, চৌকিদারনা মরম্নাই মবুঙ্গিনা পিরনহ্ পুশিল্লকই। টেলিগ্রাম পীহুনা সহি লৌরগা সেলাম তৌরম্মগা মহাক চংখ্রে। গুণী টেলিগ্রাম পাবদা ঙকপনা থম খেংখ্রে।

হেমনা পাউ পীরক্লি, মহাক খোঙশাল্লক্রে, ঙগর্দা কুমথরগা ট্রেন তোংহুনা লাক্কনি, মরম অসিনা নুংথিল পুং অহুম-মরি তাবা মতমদা হাওড়া ষ্টেশন্দা গাড়ী শোয়দনা থাবিরকউ। মহাক করিগীদমক্তা লাক্লিবনো, কনা কনা লোয়নরকপগে, কিশোরীবাবু লোয়নরকপ্রা নত্রগা মহাক মতোমদা লাক্লিত্রা, করিহ্ থঙবা ঙম্মদে। য়ুমদা নুপী-নহা কনাম্ভ লৈতে; মানদা সুলোচনাগা লোয়নহনা নোংচুপ্তা চংখি, অদুনা গুণী হাইকেং তৌকম থঙলক্রে।

ড্রাইভর অরিবনা গাড়ী পুহুনা চংখ্রে অমস্রুং সন্ধ্যা মমাং থরা ওইনা হেমবু পুহুনা হল্লক্রে। মীনাই-মীশল থরা লোয়নরকই অমস্রুং পোৎ-চৈ থরা পুরকই। গুণীনা হেমবু উবদা তু থ্যাও চুংহুনা হায়রকই, "মসিবু করি মতৌনো, অঙাওবীগী মতৌগুম করি কিজেংনো নহাক্তা তৌরক্লিবসে, হায়যু?"

হেমনা লৈমায়দা কুম্থত্তনা খুরুম্লগা হায়রকই, "মথক্তা কাখৎলসি, তমজগে।"

মথক্তা ড্রোইং রুমদা চৎলগা চপ য়ুংনা ফমহনা মহাক্না হংলকই, "ইমাদি রাকচিং খা য়ৌদ্রিঙেদা হল্লক্লোইদনা?"

গুণীনা হায়রকই, "লাক্লোই, অহুমদি ইরকখি।"

"অহ ওইরবদি মহাক্না চৈরক অসিদা অমুক তাকল্লুবগী থায়বা লৈতে। অহুবু, ঙক্লিবদি য়েংউ গুণীদাদা, ঙসিগী নুমিৎ অসিমক্তদা চিদায় লৌখিবনি, ঙসিগী নুমিৎ অসিমক্তদা হল্লক্লবনি।"

গুণীনা খঙবা ঙমদ্রহনা হায়রকই, "হল্লক্লব্রনে?"

হেমনা অচম্বা মখংদা হায়রকই, "হল্লক্লেদনা কমদৌনি! অহুগা মফম অহুদা কৈদৌহনা লৈক্লগদগে? করিগীনো, মহাক ঐগী কিজেৎ-চাকচা উরবদসু করিমক্তা খঙবা ঙমদ্রা? মহাল শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম লোইখ্রে, ঙসি লাক্লিবনি।"

গুণী নুংবংননা ফমহনা লৈখ্রে। হনা কুইনা লৈরবা মতুংদা হায়রকই, "পাংঙ অমত্তসু পীরকখিদে—কিশোরীবাবু কমদৌহনা অহুম্না তৌখ্রিবনো?"

হেমনা হায়রকই, "য়ুমশকৈশগী সন্ধ্যা মতমদদা মহাক কোলেরানা নাহে হায়বা খুদম উবা ফংই। মম অহুদা অঙম্বমখৈ হোৎনহনা লাংয়েংই, অহুবু করিমত্তা কাপ্পবা ফংখিদে। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পুং তরা তাবদা লৈখিদে।"

গুণীনা হাইহাক লৈরগা শিঙ্থরক্লিবা পীরাং লোন্না তৈথোক্লগা

হায়রকই, "অহুবু ইমা তাঙ্গবদি শোয়ানা লিংঙি! নহাক্কা খঙজ্রিমথৈ ফরবনি।"

হেমনা হায়রকই, "কমদৌগে গুণীদাদা? নখোয়না ঈশ্বরগী মায়োক্তা লৌতুনখি, রাক্ষস অহুঙুণী ঐঙনা ইগুংক্লংদা থঙজবা ওম্লম্মী। মতম অহুদা নখোয়না ঐঙা বৌরৌবখিদে—খৌজিক তেংথা-নাওইরংদুনা বরি কাম্লগনি! —চ'ক য়াম্না লাম্মে, করি চাউগে হায়যুদনা? অদুবু ঐ য়াম্না চেৎসরে, অহুনা থোংনুবস্তু ওম্লরোই—উইহ-রাইহ থরা চাহুমা ওয়াংমগা মিংঙি চংসুম লেল্লগে।"

গুণীনা হায়রকহ, "ওসাই অহনস্থু চাবজ্রা?"

"চাদে। অয়ুক্তা ইমম ফাবা তাখি।"

রাকচিংগী থামৈদা সুলোচনা হল্লক্কে. অদুদু লায়না বোত্তনা হল্লকপদি ওমখিদ্রে। অহুগী মকুংদা ইমুংদা চংলকপদা দৃশ্য অদু উবদগী নুমিৎ অহুমক্তুদগী অমুক লাবা ভেজিংখ্রে! মৈচাক অসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা টানা লেংবত্তুম ... মায়েংবা অমস্তুং সেবা-শুংবাদা অরাংপা থৈত্তে, অদুং মহদা বরিস্থু বাগবা ফংদবগুম্মী। নোংমা মহাক্কী নখোঙ-মপুং পোমখংলকপা উংদা গুণীনা থোইদোক্কা চিংনরক্রে। নুমিৎ অদুদা নহাক্কস্তু গুণীবু অচিকপদা ফংলহুনা হায়রকই, "অমুক কমদৌকুনি নুপামচা, ফনা হোৎনরুহুনা! ঐবু শাস্তি থরা ফংনা চংহল্লু।"

গুণীনা মপী থিংলহুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে ইমা, নহাক্কা অহুক হাক্কা নিংধা কায়রিবব্র?"

গুণীনা খোঙ্জেল থোক্তনা কল্লকই। মহাক্না তশেংনমক মহাকপু মমাগুম নুংশিজৈ।

সুলোচনানা হায়রকই, "হেমগী মফমদা ঐগী করিগুম্না রা অমত্তা হায়রম্না ওয়োইদৌরি। মাগী মণক উবদদা ঐগী থম্মোয় নুংদা থাংঙমদ-মৈশা লাংলকই। মীনা পোক্তবী মমাগী রারী লিনৈ, ঐ পোক্তবী মমাদগীম্তু হেম্না মাগী য়েক্লবনি।"

মথংগী নুমিত্তা থোইদোক্না অনাবা কনশিল্লকই। মহাক হিংবগী আশা ময়াম পূম্নমক্না থাদোক্লরে। মহাক শোর হোনবা রাবা হৌগংলকপমক্তদা মহাক্না হেমবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মখদাংদা চুপ্পিরগা কপথোরক্লে।

"হেম, অহুদি বিদায় লৌরে নুপীমচা!"

হেমনা মমাগী মখাদা ঊাংদুনা হিক হিক বপ্পক্লে। যম্না কুইনা লৈরবা মতুংদা ইঙ্গিতনা হৌগংনবা হায়রগা হায়রকই, "কপকনু নুপীমচা। অরা-নুংঙাইদা চহি তরামঙা নঙবু ইথাদা কোন্দুনা লেল্লকপনি, ঙসি মতম ওইরে, অহনা নঙগী নপাবুংগী মনাক্তা চংপা তারে। ঙসি ঐগী নুংঙাইবা নুমিৎনি, ঙসি ঐ কপ্লোই-দবনি হেম, ঙসি নোক্না হরাওনা চংলমগদবনি, করিগুম্বা নঙবু মত্তৌ অম্মুম্না মাংহল্লমদবা থোক্লবদি। ঐ ঈকাইবনা নুংনাংবনা নঙগী নশক হম্না য়েংবা ঙমদ্রেনে নুপীমচা!"

হেমনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "অহুম্না হায়বিরিবা করিগীনো ইমা? ঐগী ইরাইবক্তা তম্নহু থোকখিবনি, মসিদা নহাকী থুং কমদৌনা চংগদগে?"

সুলোচনানা মরক থংতুনা হায়রকই, "ঐগী খুং চংখি, খুং অহু ঐ ইশামক্না ককথংচরে। নঙনদি নরাইবক থীবনরি হায়রি, অদুবু নঙগী মতৌঙৈয়া মরাইবক ফবী নুপীমচা অমত্তম্ লৈরক্লে অসিদা লৈরম্লোইদবনি ইবেম্মা, ঐনা করিগুম্না মরক্তা থংচুনা পূম্নমক মাংহল্লমদনা থোক্লবদি। ঐ পূম্নমক খঙই; অদুননিনে অবাবসি থম্নবা মকম থিবা অমুক ফংদ্রবা। খঙদনা লঙঙখিবা পাপকীদি উপায় লৈ, অদুবু খঙন-উনা তৌখিবা পাপ্তি কদায়দগী কোকদগে নুপীমচা?"

মহাক্কী মমিত্তগী মপী মতুম মতুম হুপ হুপ তারক্লে। হেমনা মফি ফিজিনা মপী হৈথোকপিরে, ঙাইহাক লৈরবা তুংদা সুলোচনানা অমুক হন্না হায়রকই, "নমাবু রারোগনুকো নুপীমচা! রাকম অসি হায়দোরবদি তুংদা নঙগী য়াইফবা ওইরোইদ্রা হায়হুনা হায়রম্বা ঙম্লমদ্রবনি, ঙসি শিত্নদায় মতম অসিদা খুং লোয়হনা হায়রমগদবনি—"

হেমনা থুনা য়াংনা মাগী মচিন্দা মথুংনা মেল্লগা কপতুনা হায়রকই, "করি তৌরগা নহাক নুংঙাইগদগে—ঐঙোন্দা তাকপিয়ু, ঐ মতুমক ইঙ্গগনি। ঐদি করিগুম্বা নুমিৎতম্ নহাক্না হায়বা ইন্দবা তৌখিদ্রি ইমা।"

সুলোচনানা য়াম্না রানা মহাক্কী পঙথরবা মথুং হেমগী মকোক্তা থমহুনা হায়রকই, "মহুগীদমক্তনি চাকখেঙ্কুনা শিগদো-রিবসি হেম। ঐনা হায়রমগদবা রা গুণীদা হায়রম্লবনি, দরকার লৈরবদি মহাক্না নঙোন্দা হায়রকনি। অদুবু ঙসিদি নঙগী

ফিজেং অসি হোংদোকলুরগা লাকউ। চহি অমগী মমাংদা য়ুম অসিদা শেংখি-ইনখিবা ফি-রোল অহগা ঐবু খুরুম্না চংলকপদা শিন্নকখিবা লিক-কোল, ঐগী গুণীনা পীখিবশিং অহ শেং-ইন্দুনা, লিক-কোল শিহনা ঐগী নাক্তা লেপ্লো লাও। মিংকুপ অমতগী ওইমা ওইরবস্থ ঐ ইশাগী পাপতগী ঐবু মুক্তি পীনু।"

হেম তুম্মিল্লা কৌগংতুনা চংশ্রগা মমাগী মাথং ভাকুনা হল্লকুনা কল্লরে, মমাগী টিনবান মতংযদা করাও মীনোক্তা মমি হাইকেং তাবগুম উট। মতাক্লা থোইদোক্লা খোঙ্গেল শেংনা হায়রকই, "ইবেম্মা, চহি নিফুমরি গুরবদা ঐনা করিগুম্না মতমদস্থ কংলক্কবা জ্ঞান, বুদ্ধি অহ মিংকুপ অমদা শংখিবা অহ নোংচুপ্পুগী হল্লক্লগা ইহান হাপ্লা নঙবু উখিবা মতম অহুদনি। মীনা হায়রন কোক্তা বজ্র তারে; কনানা খঙগনি নুপীমচা, মক্তো কমদোবগে মহু, অদুবু নুমিং অহুদা ঐনা কংখিবা মৈচাক অহুগী তুম্বায় ফাওবস্থ করিগুম্না বদ তংবদা ফংলম্না থোক্লবদি মৈশা অহু ঐগী মাইদগী রেক্লবা ফাওবা কংহন্নিংদে। নমা ঐগী ভচেংপ মাথং পীরম্লিংদসিনি হেম, ফিজেং অসি অমুক লৌথোকউরগনু। কনান, খঙগনি, নুংশী থম্মোয় পানবা কনানা নুপ্রাঐগী ফিজেং অসি শেথ্রিনেংলো, ভসি ঐনা অভিশাপ তৌরি, মাস্থ ঐগী ইচৌংগুম থম্মোয় কায়হনা অরা-চৈথেং ফংবা ওইসনু। নঙে নঙে হেম, খামগনু নুপীমচা, হয়েংদি ঐ অমুক রা ভাংবা ভম্রোই। ভসি নঙোন্দা হায়রম্লি-বসিনি, নঙগী নপাবুংগী মনাক্তা চংলগা নঙবু উবদা নুংঙাইহনবা ভম্লনবা।"

মহাক অমুক শোর ফুনগংলক্লে। কেপ্পা মফি ফিজিন্দা হপ্পা তপ্পা মমাই-মখিং তৈরেথোকপিরি। মপান্দা খোঙউটথক্কী মখোল তাহনা হেমনা মকোক্তা মখি চিংখৎপমক্তদা গুণী ডাক্তর-সাহেব পুহনা কা অহৌগী খোঙজিল মথ যৌরক্লে। সুলোচনানা উবগা ফিজংৎপা মওংদা হায়রক্কই, "ডাক্তর অমুক করি হেনা গুণী থ অফম অহৌদগী ভিজিট পীরগা মানু-বিদায় পিগ্রো. পুহপা নহাক ঐগী ইমাক্তা চংলক্তুনা অমুক্তা কপ্পো-লাগ।"

গুণীনা হায়রকই, "ইমা-খোইদোক্তা চমগী খুং-তু অমুক্তং—"

"নত্তে গুণী, নত্তে। অমুক ঐক্তে দা মৈশা হাপ্লুবে, চংলগ্রো মহাক।"

হায়দ্রিবসি ডাক্তর সাহেবনা পগুবা ঙমদে। মহাক্তা কা মমৎদা চংলক্লগা মনাক্ত চৌকি অমা চিংশিল্লগা থর্মোমিটর লৌথোক্লুবা হোংনরকই। সুলোচনানা ব্রৌরক্লুনা হায়রকই, "মাগী বুক্কি অসি য়েংউ! মানা মসিগী মতুংনা ঐগী অনাবা য়েংগদৌরি। চংলো গুণী, কন্দা, থারংচো, মাইবা অহৈবা অমা কৌহল্লুচো, করম্বা কান্দনা মাথ্রা ওংগদগে ঐখোন্দা খঙহল্লরমল্লু। হিদাক-লাংথক পুরক্কল্লু হায়খো।"

সুলোচনা গ্যাসকী থাউমৈগী মঙাল থাংবা ঙমজগে, অহৌনা কা অসিদা মতম পুম্নমক্তা মোমবাত্তি থম্লি। সম্বা ওইরক্লুনা মীনাইশুপী থাউমৈ থাজংক্লুনা টেবিলদা থনম্লগা চংখ্রে, সুলোচনানা হায়রকই, "ঙসিগী অহিংসিমক ঐগী অরোইবা অহিং ওইরবা য়াই। অহৌনা ঙসি করিগুম্বা অহুম্বা রা মরেক শেংনা হায়ম্লোকপা

ওমত্রবা, ওসি করিগুম্বা ঈকাই-ইকি থাদোক্লুনা চিনগা থম্মোয়গা অমত্তা ওইহনবা ওমত্রবা, অদু ওইরবদি ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা অমুক্কা হেন্না দণ্ডি পীবিবা ওইসনু। অদুবু মহাক্কা মরাল লৈতববুদি অমুক অরাবা পীবিদসনু! ঐগী পাপকী ফল ঐঙোন্দা পীবতনা ওমখৈ ওইরসনু।"

মহাক্না ওাইহাক উক্কুপ তাবগুম তাদুনা লৈকুম্নগা থওহৌদনা মুংশা মপী শাংনা হোন্দোক্লগা কন্না নাহেয়কই, হেমনা তৌকম থওদনা মমাই ময়াদা লুকথরগা হায়রকই, "করি তৌরে ইমা?"

সুলোচনানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "করিস্ক তৌদে সুপীমচা। নও নথন্দরা হেম, ঐগী গুণীগী মশক ঐ ইমিংনা উরবনি—নুংগুম্বা থম্মোয় কাওবনা মাবু চানবিগনি থন্নি, অদুবু ঐনদি চানবিখিদে, অদুম ওইনমক মহাক্না ঐখোয়গী তৌবিদবা করি লৈরি! ফরে, অসিগুম্বা রা অসি অমুক পল্লরোই। করিগুম্বা সুমিত্তস্ক কাউগনুকো সুপীমচা, মাগুম্বা মীশক্কী থম্মোয়দা মৈচাক পীরবদি ঈশ্বর মশামক্কী থম্মোয়দা কাওরিবনি। মাগী ধর্ম্ম অদু, নওগী ধর্ম্মস্তু মতুমক্কি। মসি ঐগী য়াথং নস্তে হেম, মসি মাগী ময়াথংনি, মহাকমক্কী য়াথংনা নখোয়না নোংমা উনবমক্কদা পুক্নিগী ওইনা অমত্তা ওইখিবনি। নস্তে সুপীমচা, ঈকাইনিংঙাই লৈতে! পুম্নমক থওলি-উরিবা মহাক্না থম্মোয়দা লোন্না ঙাক্কোইদুনা লৈবিরম্বা রা ঙাংহল্লিবনি, মাবু থাজদবা তৌগনু—মাবু ঈকাই-খুম্নদবা তৌরোইদবনি। মাগী য়াথং ঐগী থম্মোয়দস্তু পীবিরকখি, অদুবু মাপলনা মতু তাক্লদে, থৌওইদদুনা ঈকাইবা পীখি, অদুনা

মচুগী ফল ফংলে। অদুবু নখোয়গী নক্মদা ঐগী অয়োইবা হায়জবা অমগুংদি লৈংকোরবনি নুপীমচা, ঐনী পাপ্পু পুন্সি চুপ্পদা য়াদুনা ঐগী যজ্ঞবা থৌশিলবু লেংদনা থমগনুকো।"

মানদানা চংলক্লগা হায়রকই, "ইমা-বেম্মা, মাইবা লেংলক্লে।"

সুলোচনানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মঙোন্দা চংলকউ হায়য়ু। হেম, নঙ অমুক্তা মপান্দা থোকউখো নুপীমচা।"

## মঙা

মমা শিখিবা মতুংমক্তদগী হেমনলিনীগী লোনচং-শাজং অঙকপা ফংনা খঙহোং হোংনা উরকই। মমাক্তা লৈত্তদস্থ মহাক ভুমিং খুদিংগী মশাবু অয়াপ্পা পন্নং অমগী মায়কৈদা ইন্দুনা পুথিংগুম্মী। গুণেন্দ্র মতম চুপ্পদা অখাং-কনবা অমস্থং বা ভাংগন্দবা মখলগী মীশক ওইবকই। অহোংবা অসি মহাক্তা অহানবমক্তদা খঙলম্মী, অদুবু ভুম্মিন্না খাংদুনা লৈ। খঙকোদনা ধর্ম্মদা হেমনা করি রস ফংগ্রবনো, মহাক্তনা খঙলিগনি, মহাক্তা নাটক, নোভেল, কবিতাগী লাইরিক ইন্দোক্তুনা থমগ্রগা রামায়ণ, মহাভারত, গীতা অমস্থং উপনিষদকী বাংলা অনুবাদশিংগী মনুংদা মশাবু মপুং ফানা লুপশিনহনগ্রে। মখাগী য়াথং নিংশিংদুনা মহাক্তা অমুক কিডো শেংত্রে হায়বদি য়াই, অদুগা মনা অনিদা ইঁরা থিনবা লৈ, খুজি অমস্থং লিকস্থ লোথোক্তুনা থমদে অচুম্বনি, অদুবু লুখ্রাবী ওইবগী হৌনবী নিয়ম পুম্নমক থোইদোক্লা চেকশিন্না

য়ুম্বক্কা ভাকপা হৌরকই। কান্নবা মথলগী থৌরেম পুম্নমক খাদোক্লুনা মহাক্কা নোংমগী চয়া অমত্তং মথুংদা থোংজরগা চাই। মতম অসিথক্তং অহুগা য়ুম্বুরেনবী ওইবগী দরকার ওইবা থবক লোইশিনবদা চংবা মতম থজিক্তং অহু কায়থোকপা নত্তনা মতম পুম্নমক্তা মহাক ধর্ম্ম চর্চা তৌহুনা লৈ। করি করিগুম্বা মতমদা গুণীগী মনাক্তা ক্কয়ে, অহুবু থংনবা মিংকুপমক্তদা করিগুম্বা থবক অমগী মথিংদা অতোপ্পা মকমদা চংখি। মানা মহাকা লৈমিন্নববু কীবা হৌরক্লে, খঙহৌদনা লৈথোক্লুনা চেনবা অসিনা অম্বুক্কা মতিক ময়েক শেংখ্রে মহুদি, কনা কুইনা কুইনা গুণী ওরং-মালংদা তাউনা থোংনাওগী মপান্দা য়েংহুনা নৃ'বংননা ক্ষমহুনা লৈ। সুমিং অহুকী মতিক হৌত্রিবমখৈ মহাকী লোনচং-শাজং অম্বুম অম্বুম কা-হেন্না কুপশিল্লকই। জেল কর্ত্তপক্ষনা জেল মনুংদা কাজাওদা থনম্বদগী অম্বুম অম্বুম অপিকপা কানা মাগী শাথীবা বন্দাবু পুরক্লুনা থম্মী, হেমনা তশেংনা অহুত্তমক মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা কমাগুম্বা পাপ চেনবা অমগী চংথোক-চংশিনগী লম্বী অম্বুম অম্বুম খুজিনহল্লকই।

নোংমা মহাক্কা ইথঙ খঙহৌদনা চংলক্লগা হায়রে, "গুণীদাদা, মঙ্গ লৌরগে ?"

গুণীনা মাগী মাইথোংদা য়েংলগা হায়রকই, "করি মন্ত্রনো, গুরু মন্ত্ররা ?"

"হোয়।"

গুণীনা নোক্নুনা হায়রকই, "কঁ নিংঙ্গাই লৈতে ইবেম্মা, নঙনা নশাবু কল্পনবগীদমক্তা নুংতিগী অনৌবা কবচ চেংনা পুনশিঞ্জক্রবস্নু য়াই।"

হায়রিবসি হেমনা ভাব তারমদবা য়াই, থাইগাক মুম্না য়েংহনা লৈরগা হায়রকই, "গুরুমন্ত্রগী দরকার লৈতত্রা?"

গুণীনা হায়রকই, "লৈ, অদুবু চফি মতাং অদু হৌজিকস্ম নঙগীদি ওইদ্রে। অদুদা নঙনা, কনানো হাক্কী গুরু, মদুদি ঐ খঙদে।"

হেমনা হায়রকই, "গুরু অদুদা ঐগী দরকার লৈতে, ঐ নহাক্কী নফমদগী দক্ষা লৌগনি।"

গুণীনা হায়রকই, "ঐগী ইফমদগী দীক্ষা লৌগদৌরিবা? ঐনা দক্ষাগী করি খঙগদগে হেম? অদুদা নঙনা, নখোয়না হিন্দুনি, ঐনা ব্রাহ্মনি।"

হেমনা হায়রকই, "ঐ মদু খঙদে। ইমানা তাকপিরম্মী, নহাক্কী ধর্ম্ম অদু, ঐগী ধর্ম্মস্নু মদুমক্নি। করে গুণীদাদা, য়া অসিগী অর্থ করিনো?"

য়া অসিগী অর্থ করিনো হায়বদু গুণীনা খঙই। অদুবু মদু হায়দনা ইচম চম্বা মওংদা মহাক্না হায়রকই, "ধর্ম্ম খুদিংমক অমত্তনি হায়না মহাক্না তাকপিরম্বা ওইরম্বা য়াই।"

হেমনা হায়রকই, "অদুবু, ধর্ম্ম খুদিংমক্তি অমত্তা নত্তে।"

গুণীনা থাইহাক তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "হেম, অসিগুম্বা লৈনবা অসি ঐনা কৈদৌঙৈদস্নু কনাগম্নু তৌরুদে।"

হেমনা হায়রকই, "অদুবু ঐদি মীতোপ নত্তে।"

গুণীনা মতুগী পাউখুমদা হায়রকই, "নত্তে, নহাক ঐগী য়াম্না নকুবা মীশক্কি, অদুবু নহাকা ঐ অসিগুম্বসি নৈনরোই।"

হেমনা নিংবা কায়বগী মওংদা পুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "করিগুম্বা নহাক্না তাকপিহ্রবদি ঐ কমদোনা বনা:দগী অমুক তাবা ফংগদগে ?"

গুণীনা মাগী মাইথোংদা য়েংলদুনা মৈশা লাংনা হায়রকই, "নঙনা করি তাবা পাম্লিবনো ?"

হেমনা হায়রকই, "গুণীদাদা, ঐনা নমদুনা নহাক্না চারম্বা পুখমদা চাক্লবা নুমিং অদুদা নহাক্না থিংদুনা হায়বিখি, তৌরিবদু অকবা নত্তে, জাত নাইবা মখোয়দি মদু ঙাক্না চংপা চুম্মী, অদুগা ঙসি হায়বিরি, ধর্ম্ম খুদিংমক অমত্তনি,— করম্বনা অচুম্বনো ?"

গুণীনা হায়রকই, "নুমিং অদুদা ঐনা ইচম চম্না হায়খিবনি। অদুবু রাকম অনিমক অচুম্বনি। জাত অমস্তুং ধর্ম্ম অরেপ্পা পোংশক অমত্তা নত্তে। দেশাচার, লোকাচার, গুপ্রদগী মতম মতমগী ওইবা পোংশক অমনি। অদুবু অতোপ্পা অমদুদি ইহকাল, পরকাল, কাল অনিমক্কী পোংনি। অদুবু মদুনি হায়দুনা ধর্ম্ম ঙাক্না চংলবদি জাত ঙাক্না চংলবনি, মদুস্তু নত্তে ; অদুগা জাত ঙাক্না চংলবদি ধর্ম্ম ঙাক্লবনি, মদুস্তু নত্তে। জাত ঙাক্না চংপদা অরাবা নংই, মীপুম খুদিংমক্না অরাবদু খাংঙমদে, খাংবা ঙম্বগী দরকারস্তু মতম পূম্নমক্তা ওইদে—অদুনা নঙোন্দা ঐনা নুমিং অদুদা রা অদু হায়খিবনি।" ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "হেম, অনি

অসি তোঙান তোঙানবনি, অদুম ওইনমক শাগোম্নহুনা লৈ। শাগোম্নহুনা লৈ হায়রবহুম্নক্কি লম খেন্নবগী মতুং ইন্না ধর্ম্মগীশু খেন্নবা মথল মথল লৈরিবসিনি। ধর্ম্মগী অহৌবা রাজম অদু পরকালগী রানি, শিবতনা ডুমৈথে নাত্তে, রা অসিনি। সংসার অসিদা নহাক হিন্দুনি, নহাকসু লেপতুনা লৈরি, ঐ ব্রাহ্মনি, ঐশু লেপতুনা লৈরি। ঈশ্বরবুসু ধর্ম্ম পুন্নমক্না য়াকমদবা য়াই, অদুবু শিরবদা নাম্থোক্নবা উপায় লৈতে, রাজম অসি নিগ্রোশিংগী লৈবাক্কগী হৌনা ল্যাপল্যাগুগী লৈবাক ফাওদনা লৈখ্রিবা লৈবাক থুদিংমক্কী ধর্ম্মনা য়ানরিবনি। শিরবা তুংগী রাথল অদু নঙনসু খল্লি, ঐনসু খল্লি। ওইরম্বা য়াই, মঙং মায়দনা থনবা, অদুবু খল্লিবা অশেংবা পোংশক অথুদি অমত্তা ওইরম্বা য়াই, রাজম অসিমক ইমানা শিন্নমদায়দা নঙোন্দা পাউত্তাক ওইনা পীহিরম্বা ওইরম্বা য়াই।"

হেমনা ফনা কুইনা তুম্খিন্না লৈক্করগা হায়রকই, "গুরুগী খনবদনদি ওইরোই, মতুগী উপায় ফাওবদি পাম্মী।"

গুনীনা হায়রকই, "করিগী পাম্রোইদগে! উপায় অসি থিবদনি অম্মুক চয়েংনরিবা, অম্মুক ইরাং তৌনরিবা। নঙগী উপায় অদু ঐ পামদে, ঐগীসু নঙ পামজুমু। মসি ভাবনা শাবা পোংনি, প্রমাণ লৈবা পোং নত্তে, নত্তে হায়দুননি য়েংনবগী লোইব-খম্বা নাইদ্রিবা, খংনবসু লেম্না লৈত্রিবা। অদুবু নহাক্কী চাক থোংবা মতম ওইদ্রিব্রনে, হেম?"

হেম মনা-মনিল নাইদনা হৌগংলগা তপ্পা তপ্পা চংখ্রে। গুণী তরং-মাল'দা তাউনা অহাংবদা য়েংহনা ফমহনা লৈ।

"গুণীদাদা!"

গুণীনা থংগোক থংনা মগাই শাথোরক্লগা হায়রকই, "করিনো হেম ?"

হেমনা হায়রকই, "যরে, এনা চংলিবা লম্বী অসি অচম্বা লম্বীরা ?"

"কমদৌনা হায়বা ঙমগদগে ইবেম্মা ? র'যম অদুদি নঙনা খঙগদবনি। করিগুম্বা মদুনা নুংঙাইবা ফংলবা, শান্তি ফংলবা, শোয়দনমক মতু ওইরবদি অচুম্বা লম্বীনি!"

"অদুবু ঐদি করিস্থ ফংদে।"

মহাক্কী মৈচাক্কা থল্লবা খোজেলনা গুণীগী মনিঙগী মপী ঔরা চেংইনখ্রে। মহাক্কা য়াম্না রানা মতু থিংলগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মতু শৌরিবা করিনো?"

হেমনা হায়রকই, "কনানা খঙগনি ঙং দ'দা, বদিনমো ঐনা চিংহনা পুনগুম্ব, নমহনা শৌইনবগুম্বী, ঐ লেপ্পা ঙমদে।"

গুণীনা করি হায়গদগে, খুদক্কা পাক হেক ল'ম্না য'দ্রে, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই, শৌরি হায়হনা অহানবদা নুংঙাইবা ফংদবা, মমেদা শোয়দনা ফংলকনি।"

হেমনা লাংতক্লন হায়রকই, "ফংগদ্রা ?"

"শোয়দনা ফ'গনি। ধর্ম্মদা করিগুম্বা নুংঙাইবা, শান্তি

ফংদ্রবদি কদায়দগী অমুক ফংগদগে ? ঐনা আশীর্বাদ তৌরি, নোংমা নপাক শোয়দনা নুংঙাইহনবিয়ু ।"

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা থাবল ইপোমদা অহাংবা ছ'দ নথক্তা মন থাডুনা গুণী তুম্মিন্না হিপতুনা লৈরম্মি । হেম লাক্লগা মখোঙ্গ মযা'দা ফংলরে,—"খোঙ নোয়গে গুণীদাদা ?"

গুণীনা "নোয়গু" হায়রগা মমিৎ উংশিনখে । গাজগী মঙা'লদা লংখংলগা মাহথো'দা যেংশুনবগী মহ'ক্কী মথৌনা লৈখিদ্রে । হেমনা তুম্মিন্না মখোঙ থোয়না লৈবন্দগী খঙহৌদনা হায়রকই, "গুণীদা'দা, নুংঙাইবা ফংব্রা ?"

গুণীনা অচুম মমিৎ উইশিনগা হায়রকই, "নঙনা করি হায়নিংবগে ?"

হেমনা হায়রকই, "ঐদি মতম হায়গদবা কপা নত্তে. তাগে লাকপনি ।"

গুণীনা হায়রকই. "খোঙ নে মরমবদি মহাগী রাজহৌদোক ওইরিনিনে ?"

হেমনা অচম্বা মওংদা হায়রক্কই, "নত্তে, মথু নত্তে । নহাক্কী নংখোঙ মমাদম্বু ফংলমদি ঐ নখোঙ নোয়নিংবগী মীহৌবা থা ঙমজদে ।"

গুণী তুম্মিন্না লৈখ্রে । মশাগী লৈয়েংবু গুণীনা থাজব ঙমদ্রে ।

হেমনা হায়রকই. "কদায় থুম্বিদ্রেনা ?"

গুণী অহুম ওইনবক তুম্মিন্না লৈ। হেমনা মখোঙ খুন্নাদা খুজিন্না খিঙং শিক্লগা হায়রকই, "সে থুনা হায়রো হায়রমি।"

গুণীনা হায়রকই, "হায়রগে, অহুবু ঐগী ৱাংগী পাউখুম হান্না পীখো।"

"করিনো?"

"নহাক্না নপুরোইববু নহাক্না শুংশিত্রনে?"

"খজিক্কম্মু শুংশিদে। ৱাফম অহু করিগুম্না নুমিৎম্মু থিংদা ফাওবা থম্মুদে। মফম অহুগী পৈসা অমগী পোং মাংবা পুরক্লে, মখোয়না থোনবিবা কি অমা ফাওবা শেংলক-ইল্লক্কে। চাখি-থকখিবা অহুগী শক্লক মরি হেন্না শিংদোক্লম্লবনি—মসিনি মখোয়গা ঐগা লৈনরিবা মরি।"

গুণীনা হায়রকই, "সতী লক্ষ্মী। মখোয়না মশা মশাগী মপু-রোইববু শুংশিজ। লুপ্রাবী ওইরগা মখোয়না মপুরোইবগী মাইথোং নিংশিংজহুনা অমুক হন্না লুক্লোংদে। নখোয়গী ইমংগী মচৌগুম্না মখোয়না শিরমদায়দা মপুরোইবগী মনাক্তা চংলিবনি হায়না থাজ।"

হেমনা হায়রকই, "ঐবু নখোয়না নমহুনা ফা-পুন্দুনা লুক্লোংবিখিবনি। ঐস্মু সতী-লক্ষ্মীনি, অহুগা শিরমদায় মতমদা ঐ নহাকী ননাক্তা চংলিবনি, ৱাখল অসিমক থজগনি। মক্লে গুণীদাদ, শিরগা নহাক নাক্তা লাকপা ঙমগদ্রা?"

মহাক্না ৱা অসিদা মচেংশঙ্ক য়াউদে. অপনবম্মু লৈতে, ঙাকাইবা মরিক অমত্তা চেন্দে, মসি অমগী ৱা অমনা হায়বগুম্মী।

মতম অহুগী হেমগা হৌদ্ধিকী হেমগা মীশক তোঙানবগুম্মী। গুগী উংগ্রে। হেমনা হায়রকই, "খুম্বিয়ু, মহাকী নাক্তা লাকপা য়ারোইত্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "য়ারোই।"

"য়ারোইদবা—করিগীনো ?"

গুণীনা হায়রকই, "ঐগী কর্ম্ম-ফলনা ঐবু কদায়দা পুগদগে, মহ্ ঐ খঙদে, নঙগী কর্ম্ম-ফলনা নঙবু কদায়দা পুগদগে, মহ্ নঙনস্মু খঙদে। ঐগী কর্ম্ম-দোষনা শা ওইনা পোক্লু বস্মু য়াই, মহাক্না অমুক বামোন-নিঙোল ওইনা পোক্লু বস্মু য়াই, মতম অহুদা ঐবু কমদৌনা কংগদগেনে ? কর্ম্ম-ফল হায়বসি করিগুম্বা অচুম্বা ওঃরবদি মতৈ-মনাওগী লেংত্রবা মরি করিগুম্বা মওংদস্মু অচুম্বা ওইবা য়ারোই। ঐখোয়গী ভাবনা শাবা মরি অসিদি থোইদোক্লা করিস্মু লৈতবনি। কয়াদা থাগ্নরিবা, কয়াদা অনেম-অরাং নাইরিবা মিংমক্লা উবা ফংলিদনা, মসিমক কর্ম্মগী ফল ওইরম্বা য়াই। মসিবু করিগুম্বা মুংশিনবগী লৌচিং অমত্তনা তেমখায়বা ঙমদে। সংসার অসিদা ঙমীবা মপুরোইবা কয়াগী সতী-সাধ্বী ওইবী নুপী লৈ, মপুরোইবত্থ শিরগা যণ ওইনা পোকখিবা য়াই— মসি নখোয়মক শাস্ত্রগী রানি,—নঙনা করি পাম্নিবনো হেম, সতী-সাধ্বী ওইবী নুপী, মখোয়না মপুন্সি চুপ্পা অফবা কর্ম্ম তৌজররক্লবগী তুংদা অরোইবদা যণ অমগা যঙোলদা চংহুনা লৈমিন্নরুগত্রা ? মহ্ য়াদে। অহ্ ওইরবদি অফবা খবক, ফত্তবা খবক্কী অর্থ লৈতে। নুপীনা মশাগী কর্ম্মনা স্বর্গ কাই, মপুরোইবনা

মপোক মপোক খুদিংগী নরক তাবা স্নাই—লিশিংলক পামজত্নুনস্নু অমুক খুংনমবগী উপায় লৈতে।"

হেমনা ন্‌ংবংননা লৈকরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অসু ওইরবদি তশেংনমক অমুক খুংনবা লম্বী লৈতরা?"

গুণীনা হায়রকই, "লৈ।ব্রে। মতু দরশারস্নু ওইদে। মতুগী শক্তকপুদি হেম, লীলা পুংমক্তগী অথেইবা লৌলা শায়বিরিবা মহাক অতুগী মনাক যৌজবা হুরবদি অমুক কনাগী মনাক্ত্নু চৎনিংবগী অপাঙ্গা েংত্রে, অতুম ওইনমক খুংনবা মকল পুমমক্ত পামজবতনা মশানা মশাবু মপুং যাইত্তু, মাক যানগনি, নহাক্তা খুংনবা অতুমকপু লিংজো। মহাক লম্নদগী নহাকপু কনানস্নু চিংতুনা পুখিবা হুমদনবা ঐনা থম্মোয় শেংনা অাকৈদে তৌরি, ঐখোয়দগী ফংবা করাবা পুমমক্তা নোংমা নহাকপু মাক য়ালহনবা ওইসনু।"

থাজগী মঙালদা হেমগা উরব্রে, গুণীগী মমিংগী পী মরিক মরিক শিস্করক্লি, মাগী মখোঙদা মরাইবক শোক্লা খক্ললগা তপ্না হৌগংজগা চৎব্রে। মহাক হৌগৎতুনা চৎব্রে. মতৌ অক্সয়া কয়ারক তুম্মিম্না কৌগংতুনা চৎখি, অতুবু উসিদি কমদোইনংো গুমীগী পুক্লিং কাজিনবগী শক্তি 'পুস্না', খাংবা কনবগী লপুন 'পুস্না মহাক্লা মক্ত ফুক্লা কোঙ্গোই থোক্লমগা চৎখিবগুম্না'। উসি মশাবু রারৌজবগা লোয়ননা নপুক্লিংদা থল্লকই, পুন্সিগী ওইবা খুদোংচাবা থঙহৌদনা মিং-মাংদা তাউথখিবগুম্না, মখুং তিং- থোক্তুনা ফাহৌদে। হেমনা মহাকপু বয়াগী মতিক ন্‌ংশিজবগে

হায়বসি মহাক্না চিংনবা লৈতনা খঙৈজে। ঙসি মহাক্কী মচিন্দগী ময়েক শেংনা তাব়বদস়্ মহাক্না কবিগুম্বা মওংদস়্ মশাগী ব়াহ্ কোংদোকচবা ঙমহৌদে। স়ুলোচনা হেক শিখিবদগী হায়গে হায়গে হায়না নিংলক্লিবনি, হায়দোকপা ঙমদে। অস়্মদি খনখি, মসি কবিগুম্বা, মহ্ চেনবা লিন্না তুমহ্না লৈবগুম্বী, খুংনা খিঙুং শোকলুবদা মৱে তমহ্না ফুক হৌগংলক্কনি। অহ্না মহাকপু মখুং পুনশিন্দুনা থমহল্লক্লিবা অকীবা অহ্মক্না ঙসিগী অসিগুম্বা অহিং অসিদস় মহাকপু মখুং তিংথোকহনখিদবনি।

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ঙম্তা ঈকুজরগা হেমনা মহাকপু খুকুম্বা লাকই, মথংগী নুমিত্তা লাকপমক্তদা গুণীনা চিংনবা 'পূম্বা মথব়ায় খুবাক্তা হাপতুনা লাম্থোক্লগা হংলকই, "ঙব়াং নঙনা লুখ্রাবী লুহোংবগী ব়াফম হংখিবহ্ কবিগীনো?"

হেমনা হায়ব়কই, "পাউ চে অমদা থেংনখি, অহ্ননি।"

গুণীনা হায়ব়কই, "নহাক্না মহ্ ফৈ হায়না খনব্রা?"

হেমনা শম্নপ্না হায়ব়কই, "অচ্চা! মহ্বু অমুক লুহোংবা কৌথিগদ্রা?"

গুণীনা হংলকই, "কৈদোবগী ওইব়োইদৌবিবনো? হিন্দু মক্তনা পৃথিবীদা লৈবিবা জাতি খুদিংমক্তদি লুখ্রাবী লুহোংবা চৎনৈ।"

"কান্নদবা ব়ানি, হায়ব়গা মপান্দা থোব়কই, গুণীনা কৌশিল্লগা হায়ব়কই, "অতোপ্পা ব়া অমগা লৈবি, হেম!"

হেমনা হঙিল্লক্লুনা লেপ্লগা হায়ব়কই, "কবিনো?"

"নহাক্কী চহি কয়া শুরবগে ?"

"তরাতরুক।"

"চহি মতাং অসিদা পুন্সিচুপ্পা সন্ন্যাসিনী ওইহনা লেপ্লগত্রা ?"

হেমনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "অমুক কমদৌরুপদগে ? ইরাইবক্লনি ! নখোয়গী বুদ্ধিগুম !"

গুণীনা ঙাইহাক মাগী মাইথোংদা য়েংহনা লৈবগা হায়রকই, "অতৈ অক্তোপ্পা লম্বী অমত্তা লৈত্ররা ?"

"করিস্সু লৈত্রে গুণীদাদা, করিস্সু লৈত্রে।" হায়রম্লগা হেম মপান্দা থোকখ্রে।

নোংমা নোংমগী লৈশাং তম্লক্লিবা যৌবনা হেমগী হকচাং কায়াং খুদিংমক মপুং-মরৈ যাহল্লক্লে ; মহাক্কী ধর্ম্ম কর্ম্মশিংসু পুম্নমক অহুবু নমথহনা চংপগুম্মী। গুণীনা পুম্নমক উরম্মী, অহুবু ইচং থৌনা করিস্সু হায়রুবা ঙমদে। হেমদা অসিগুম্বা পোংশক অমা লৈ, মহুনা ময়ায়া মহাকপু পুক্নিংদা কাংহল্লোইনা চংশিল্লিবনি। মহাক্কী মমা ফাওবনা মহাকপু কানা লোম্নরম্ম, গুণী নস্ত্র কনা চংলি। মহুগী মতুং ফনা কুইনা লৈরগা নোংমা গুণী কোর্টতা চংননবা শেম-শারি, অসিগুম্বা মতম অসিদা হেমনা চংলক্লগা চেক-বুক লৌথোক্লুনা মখুত্তা পীরগা হায়রবই, "হল্লবপদা ব্যাঙ্কতগী লুপা চামঙা পুন্বিবউ।"

গুণীনা "হোয়" হায়রগা চেক-বুক অহু পকেটতা হাপচিনখ্রে।

হেমনা হায়রকই, "ঙাইথো, ইমুংগী শিজিন্নবা শেলস্সু থোইনা লৈত্রে লুপা চানি অমগস্সু লৌথোবশিন্নকউ।"

গুণীনা হাইখেং ওন্থ্রা হংলকই, "নুপা চামগা অসি মহ
ওইরবদি কৈদৌননবনো ?"

হেমনা হায়রকই, "নুপা অহু ! ঐ হয়েং কাশী চংকদৌরি-
বনিনে !"

গুণীনা চৌকিদা হেক ফমথরগা হায়রকই, "হয়েং কাশী চংক-
দৌরিবা ? ইমুম অসিদা কনাগী মহা লৌরুবা দরকার ওইদে
খনরা ?"

হেমনা ঈকাইরগ্না হায়রকই, "নহাকী য়াথং ফংলবা অহু
ওইরবদি চংবনি।"

গুণীনা হায়রকই, "হয়েং চংকনি হায়না লেপ্লে, মহুদা অমুক
ঐগী য়া হাথিগন্দ্রা ? কনাগা লোয়ননা চংকদৌরিবনো ?"

হেমনা হায়রকই, "মানদা, নন্দা অহুপা চৌকিদারম্ভ চংবনি।
ওসি অহিং নঙোন্দা হাগে খল্লিবনি। গুণীদাদা, চংলুগে,
হায়েং ?"

"ফবে, চংলুরো।" হায়রগা গুণী কোটিশ চংখ্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা হেমনা শেল হাপচিল্লগা শো লোল্লগা গুণীগী
মনাক্তা চংলকে, হায়রকই, "হয়েং চংপা য়াররোই।"

"করিগীনো ?"

"ওসি থুমিংহুংবা মতুংদা বামন-ঠাকুরগী মযুমদগী মাগী মমা
নায়ে হায়রুনা টেলিগ্রাম তৌরকই। ঐনা থা অহুমগী ছুটি
পীথোক্লগা মাবু ছুটি পীখ্রে, মখাক চংখ্রে।"

"কনানা চাক থোংগদগে ?"

"মী ফংস্ত্রিবমখৈ ঐনা থোংগনি। গুণীদাদা নহাক লুহোংনবা তৌরো।"

"করিগীনো ?"

"করিগীনো হায়বদি করিগীনো ? লুহোংলরোইদ্রা—কনানা যুম্ন পুবিগদগে ? নহাকপু কনানা য়েংশিন-খোংচিনবিগদগে ?"

"নঙনা।"

হেমনা নোক্লুনা হায়রকই, "খঙজরে, ঐনা পুন্সি চুপ্পা যুম্ন পুহন্না লৈরগদ্রা ? ঐদি থবক তৌররোইদ্রা ?"

"ঐবু য়েংবি-থিবিবদি খঙলে থবক নত্তেনে ?"

হেমনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "নহাক্না মরৈ য়েংনরুবা ঐ ঙমজপোৎ নত্তে। নত্তে নত্তে, মহু যাদে। নখোয়গীদি লৈশ্নাবী অচৌবী শোয়দনা ফংগনি। য়েং-খোংলগা লুহোংনবা তৌবিয়ু, মত্তোন্দা ইমুং অসি শিন্নরয়গা ঐ কাশীদা চৎখিগে।"

গুণীনা হায়রকই, "ফরে, নঙস্তু লুহোংনবা তৌরো, ঐস্তু হোংলগে।"

থৌজিক্কা হেম নোক্লুহনি, মিৎকুপ অমগী মনুংদা মাগী হরাও-তয়াম্লস্বা পুন্নমক অহু স্বাই মাংখিবগুম্মা। মহাক্না শককম হঙ্গিন্না হায়রকই, "অচ্চা, অহন্না ফাগি তৌবা হৌনব্রা গুণীদাদা ? কৈদৌঙৈদস্তু অহুগুম্বা রাহু পমবিগন্থ।"

গুণীনা অমুক বা ঙাংবা ঙমদ্রে, মাগী মাইথোংদা য়েংহনা চপ য়ুংনা লৈত্রে। হেম হৌগৎতুন্না চৎস্লে।

## তরুক

খা অনি কাশীদা লৈকুরগা, গুণী নাবগী পাউ ফংহুনা হেম ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক লাক্লমদবা খোক্লবদি অনাবা অকনবা ওইরক্লম্বা য়াই। মহাক লাক্লগা সেবা-সুংবা তৌবদগী মহাক নাবা ফগংলক্লে।

মপান্দা নোং কল্লা চুরি। গুণীনা ফমুংদা ফমহুনা কাখ্খল মন্নুংদগী মহুমক য়েংলি। অহুগা খল্লকই, হেমগী রা। অহোংবা অমা মাগী মমিত্তা উরক্লে। হেম মহৌশাদি নুমিৎ খুদিংগী নিয়ম নাইনা মখাকপু খুক্লম্লে, হন্দক্তি মহু অমুক উখিদ্রে। মানদা খাহুনা হেমবু মখাক্লা বৌকনখি, মানদানা হল্লক্লগা হায়রক্লে, "টৌরাণী জপ তৌরি।"

পুং অনিগী মতুংদা হেমনা কা মনুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "ঐবু কৌবিখিব্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "হোয়, ভাইহাক্তা ফম্মু।"

হেমনা হায়রকই, "অহুবু হৌজিকসু ঐগী জপ তৌবা লোইদ্রি।"

"পুং অনিদসু জপ তৌবা লোইদবা ?"

"পুং অনিনা কৈদৌগদগে ? য়াম্দ্রবদা লিশিং অনিরক জপ তৌজগদবনি হায়না গুরুনা তাকপি।"

"গুরুনা তাকপিবা ? গুরু কনানো ?"

হেমনা হায়রকই, "ঐ হন্দক কাশীদা মস্ত লৌরে। ঐগী গুরু কাশীদা লৈবা সন্ন্যাসীনি। আঃ, মাবু উৎদা সংসারদা

অমুক হন্নিংঙা পোক্লে। কয়া কুইনা লৈরগা মাংগী চরণ দর্শন অমুক শংজগদগে অহৌদনি শঙরিদা। থম্বিবনি, হয়েং হংচিংকী মনুংদা হল্লসিবা হায়না।"

গুনীনা ভাইথাক তুম্মিন লৈরগা হায়রকই, "হয়েং-হংচিংকী মনুংদা কমদোৌনা হলগদগে? ঐদি হৌজিক যাওবা মপুং ফানা ফজিন্ত্রে কেম, ঐনু কনাদা য়েংবিগদগে?"

হেমনা থাইফেং তোকম থঙদনা হায়রকই, "মহৈ করিস্থু নত্তে, - মহুরুদি থুম্মিং লিনিদা ফরগনি।"

গুনীনা হায়রবই, "মক ওইনা থুম্মিং লিনি অহৌদি নহাক লৈহিবা তাবনি।"

"মরে, লৈবগা লোবা হায়রহৌনি।" হায়বগা কেম চংলে, গুনীনা কৌশিল্লগা হায়রকই, "তাকো, হয়েং হংচিংমক চংলো, অহুরু অমক থা বয়া লৈরগা হল্লরুদগে?"

হন্দক্তি গুনা পাংক কেক হল্লকপা ঙক্লোই। চেংলেংন্দা নহাক্কা থাগী লুপা চাম্মা থাবিরবউ, মহৈনা অহুম চংলবা মাংগনি, মহুদগী তাবদি মংগ্লোহ।"

গুনীনা হায়রবই, "লেলগী রাদি নত্তে, কেম। নহাকী লুপা চামগী মহৈ ওা চানি দরকার লৈরবস্থ ঐনা থারকনি। অহুব হেলংমক নহাকপু অমুক হল্লরুরোইদ্রা?"

"কৈদোৌবা অমুক হল্লবহিগদগে?"

"করিগুম্বা ঐ শিবগী পাউ ফংলবদি হল্লরুদ্রা?"

হেমনা থম্মোয়-মৈশা লাংহুনা হায়রকই, "মহ্ করি য়ানো গুণীদাদা ?"

গুণীনা হায়রকই, "হায়বা ঙম্বা নত্তে ইবেম্মা, অহুনা মতম লৈরিংঙদা হায়হুনা থমহোৌবা কৈ। ঐগী ঊইলদা নঙোন্দা শেল পীননবা থৌরাং য়াউগনি ; অহুগা যুম অসিগা। করিগুম্বা মতমদা লমদম অসিদা লাকপা থোক্লবদি য়ুম অসিদা লেকউ, মসিনি ঐনা হায়জগবা।"

হেমনা করি য়ানো অমা হায়গে তৌরকই, অহুবু মহ্ থুপচাল্লখ্রগা হায়রকই, "ঐনা হায়জরিবসিনি গুণীদাদা, নহাক্কী চিংনক্লনিঙাই করিস্ম লৈতে। হৌজিক হকচাং শোইহু হায়হুনা অহুম্মা পংথল খল্লিবনি।"

"মহ্ ওইরম্বা য়াই," হায়রগা গুণীনা মপান্দা নোং তাবা য়েংলকই। হেম মাইথোং মকশিন্না মপান্দা থোকখ্রে।

সন্ধ্যা ওইরকপদা থোংজিন্দগী য়েংলকপদা কা অহ্ ময়া লৈরম্বা উবদা হেমনা শাউহুনা কৌরকই, "নন্দা, বাবুগী কা মৈ থাক্ল·ত্রব্রা ?"

গুণীনা ইমুংদগী হায়রকই, "ঐনা য়াদবননি।"

নন্দা চেল্লক্লবদা হেমনা মঙোন্দা পালং-থাউমৈ চুথংহুনা পুরক্লবা হায়খ্রগা অমম্বা কা মনুংদা মাহুনা গুণীগী মখোঙ ময়াদা কমুংদা চংশিন্দুনা কয়রে। নন্দানা কাদা থাউমৈ থাল্লমগা চংখ্রবদা হেমনা মখোঙদা মথুংনা থেংলুবমক্তদা মহাক্কা মখোঙ শং চিংশিনখ্রে। হেমনা মৈশা লাংহুনা হায়রকই, "ঐবু নখোঙ অমুক নোয়হল্লরোইত্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "করি কাম্নগনি ইবেম্মা, নহাক্কী গুরুনা থিংবস্থু য়াই।"

হেমনা খঙলে মতুদি, লাকপাদগী নহাক্কী খুয়া-উফুল লৌদ্রি, অদুনা গুণীনা য়ারৌবিবনি। অদুবু পাউখুম পীবস্থু ঙমদ্রে, তুম্মিন্না লৈখ্রে। ভাইহাক লৈরগা হায়রকই, "গুণীদাদা, ঐঙোন্দা শাউবিরিব্রা ?"

"ঐনা করিগুম্না নুমিত্তা নঙোন্দা শাউবা য়াউহ্রব্রা হেম ?"

হেমনা থম্মোয় পুক্রমদতুনা খুদক্তা হায়রকই, "বৈদৌঙেদস্থু শাউখিদে—অদুবু ঙসি অদুগুম্বা য়াতু হায়রিবা ববিগীনো ?"

"করি য়াবুনো ?"

"উইল তৌবগী য়া, অতৈ য়া কয়া অমস্ন,— ঐনা হায়জবিবসিনি গুণীদাদা, নহাক নাবা ফরগনি। করিস্থু চিংনরুন্নু।"

গুণীনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "ফংরোইদ্রা হায়বগী ঐ য়াম্না করে হায়না নহাক্কা থনব্রা ?"

হেমনা পেক্তৌ পেক্তৌ তৌনা হায়রকই, "নহাক্কী থয়া-খাদা তুজগে, অদুগুম্না য়াতু হায়বিগন্নু। নহাক নাখা ফত্রবদি ঐ কমদৌনা হিংগদগে ?"

"নঙ চংখ্রগা ঐ কমদৌনা হিংগদগে ? অদুনা, করিগুম্বা নঙনু ফাতুনা থম্লবদি, করিগুম্বা চংহন্দ্রবদি—"

হেমনা ভাইহাক তুম্মিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "ঐবু ফাতুনা থম্লগা নহাক্কী করি কাম্নবা ফংগদগে ?"

"কারবা !" গুণীনা অমুক মথা তাথবা ঙমদ্রে, নূংবংননা লৈংগ্রে। মপালদা নোংলি চাউনা জম জম চুরিবা মখোলনা কাম্বলদা য়ৈরৈ। মম্নক মরক্তা হাংলিবা থোঙদা খঙহুম হুমজিল্লকপা মুংশিংনা থাউমৈ মুথংকদবগী হেক হেক ত্তোরৈ। মখাদা মীনাই-শিংনা লাংবা ময়েক শেংফাত্তনা তাল্লি। অদু ওইরবস্ত্ন মখোয় অনি তুম্মিন্না লৈ। গুণী অঙাং ওইল্লিরিঙদগী থোইদোক্লা পুক্লিং মুংশি-চাউরকই, থোইদোক্লা পুকচেল কাবা ঙম্লকই। মহাক্কী অথাং-কনবগী পল মহাক্লা য়াম্না চেকশিন্না থারকই, অদুবু সুলোচনাগী আশীর্বাদকী অয়োইবা রা অদুমা পল অদুগী মীখোংদা লুমিং অদুদগী হোনা উচিনা ক্লংপগুম হোয়রক্লনা তুরেলগী ঈশিং মন্থুংদা তত্তনা য়ুশিল্লক্লনা পল ফনা শাংনা কায়রকদোরম্লবনি, কৈদোঙ্গ করম্না মতমদা পূল্লপ নিংখায়রক্কদগে হায়বা অরেপ্পা লৈরমদ্রবনি। তরং-মালংদা তাউনা মপালগী প্রকৃতিগী মাইথৈদা য়েংহনা অমুক্কং মহাক্লা হৌবদগী অয়োইবা ফাওবা রাশিংতু খন্দুনা য়েংলকই, অদুবু মাগী লায়না চেল্লবা হকচাং, শোম্ফুরবা মকোক্লা করিগুম্না রাক্ষম অমত্তা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদবগুম্মী।

হেমনা খঙহৌদনা হায়রকই, "গুণীদাদা, তুম্মিন্না লৈরবদি কৈদোরে, করি খনবিরিবনো ?"

"করিস্ত নত্তে, করিস্ত নত্তে, ঐগী রা নঙোন্দা হায়বা য়াবা নত্তে—নঙনা ভাব তাম্নোই, অদুবু করিগুম্না লুমিত্তা নঙগী পুকচেল হোংলক্লবা অদুগা মতম অদুদা ঐ হিংহুনা লৈরবদি—লাকউ।"

হেমনা খরা হন্দোক্নুনা কম্নগা হায়রকই, "ঐ পুম্নমক ভাব ভারে। হে লাইবক! ভাকপি-শেনবিবনা ওনশিন্দুনা শারাক তমগদৌরবা! মমৈখংদা নহাকমক্লা ঐবু নরক্তী কোমদা চিংখবা পাম্বিরব্রা?"

গুণী ভসাইদগী মোন্দুম অমদা ভাইহুনা লৈরক্লিবনি, মহাক্তী মমিং ঐ কাররক্লে ; হৌগংভুনা কম্নগা হায়রকই, "অচ্চা হেম, ভাব তানা রা ভাংউ! হায়রিবহু করিনো?"

হেমনা নোংখাংমুক য়াংনা ফুক হৌগংলগা হায়রকই, "ভাব তাহুনা হায়রিবনি! নহাক্লা নাকোইননা হায়ম্বিবহু ঐনা শেংনা নমাংদা হায়রিবসিনি। নহাক্লা ঐবু মাংহনবা পাম্লি! লুপ্তাবীবু অমুক হন্না লুহোংবা হায়বদি করিনো গুণীদাদা? ঐ অহুক অভাং নত্তে মহুদি, ধর্ম্মগী মমিংদা অধর্ম্মগী লম্বীদা খোঙদাগদবা! ঐ নহাক্তী শেল পামদ্রে, আশ্রয় পামজদ্রে, করিম্মু পামজদ্রে, ঐগী ইপুরোইবগী য়ুমদা চংলগা রাইশিং-রাইশেংহুনা চারুগে, মহুনা হেল্লা কৈ, অহুবু লন-থুম অসি ঐভোন্দা দরকার লৈতে। ফত্তবা রাখল অহু ঐভোন্দা পোক্রক্তবা ওইসনু! নুমিং অহুদদি নহাক্তী বুদ্ধি অসি কদায়দা লৈরম্বগে? নুমিং অহুদা মতৌ অম্নুয়া হায়বিবা য়াদ্রা?"

গুণীনা হৌগংভুনা কম্নগা হায়রকই, "হেম, লানপ্ত্রে, ঐবু ভাকপিয়ু। ঐ অনাবা মীনি—য়াকম অসিম্মু অমুক্তা খন্থৌ?"

"খঙরে। নহাকপু ভাকপিবা ভসি নত্রবম্মু নিনিগী মতুংদা ভাকপিগনি, অহুবু নহাক্তা মরি অমুক থম্নরোই। ঐ হন্নেং মকম

অহুমক্তদা হনগ্রগনি, লাপল চেৌদা খোয়কখিবা মফম অহুদা। নহাক্কুম্ব ঐবু ঙাকপিয়ু গুণীদাদা, ঐ চৎলে।"

হেম চৎক্রে, গুণী চপ ফুংনা কমথুনা লৈ—বক্তুমা থাক্কয়বা উজাওনা লৈবা মত্তৌ অহুগুম! ফুংদা পূম্নমক চাকথেকখিহুনম্ব মওং কায়দনা লেপত্তুনা লৈবা মত্তৌ অহুগুম! মহাক্কী হিপথজনবা শক্তি অহু ফাওবা অমুক লেমহৌদবগুম্বী।

## তরেৎ

দুর্গাপূজা অমুক য়ৌরক্লে। অয়ুক ওন্না থোওনাও হাংদোক্লগা হেমনা নোংপোক্তা ফাওরক্লিবা কোয়ৌহনবগী ডাণ্ড্রানবা মশেক-মণ্ডালদা য়েংহুনা তুম্মিন্না লেপতুনা লৈ। লৈকাই অসিগী কদায়দনো ধুপ-আরতিগী নিল-খোংবা মখোলগা শঙ্খংকী পুক্লিং নৌহৌবগা তান্নখিহুনা মহাক্কী মশা 'পূম্বদা তপ্না তপ্না তনিক তনিক্লক্লে। থণ্ডহৌদনা মহাক্কী মমিত্তগী মপী শিন্থয়ক্লে। মতম কুইরক্লে মহাক্লা গুণীগী মরা-মপাও অমত্তা তারক্তবা—মহাক্লা মপুক্লিংদা থল্লকই, কনানা থণ্ডগনি ঐগী গুণীদাদা কদায়দা লৈয়মগদগে, কমদোনা লৈরিবগে। লাক্লমদায় মতমহুদা গুণীনা কপত্তুনা হায়খি, "হেম, নুঙিং নিনিদগা লৈথখো— শাউহনা চংখিগনু।" মপুক্লিং ফুংশিবগী মিংকৌ পীয়াংগী মমল হেমনা হুমিং অহুদা করিমত্তা পীখিদে।

মমিং অহৃদা নাবনা মপা কনা শোন্দুনস্থ গুণী লম্বী মম্না কাওবা থোরক্লগা হায়রম্মী, "হেম, নহাক্কী পুক্লিং লৈতাদবনবু ওইরবস্থ মরম অমদগীবু ওইরবস্থ মওং অমা তৌরে—অহৃনা হায়জব্লিবসিনি, হজিন্দুনা নোংমত্তা ওইরবস্থ লৈরখো।"

হেমনা মনাদা হাপখিদে, গাড়ীদা কাখৎতুনা কমখি। গুণীনা গাড়ীগী থোঙনাও মম্নাদা চংশিল্লক্লগা অরোইবা হায়জবা ওইনা হায়রকখি, "হেম, নহাক্না ভৌজরিবা অসিনা নপুক্সি চুপ্পদা তাশোন্না থিনবগুম থোকপা য়াই— ইমাগীদমক্তা হান্নবা নত্তে ইবেম্মা, নহাক্কীদমক হায়রিবনি, ঙসিগী ওইনা গাড়ীদগী কুমথরকখো।"

মহৃগী পাউখুমদা শগোলগাড়ী-ম্নালাদা গাডী থোননবা য়াথং পীখি।

হেম হজিল্লক্লগা কমুংদা হিপ্পরে অমস্থং কনা কুইনা কপতুনা মকোক্কী মশম পুম্নমক মপীনা চোংহল্লগা তুমথগ্রে। অরাবা অসিগী মরম অমস্থ লৈ। তীর্থ চংকে হায়না লেপ্তুনা মহাক্না ঙরাং মীনাই থাহৃনা যুমগী সরকার (কেশিয়ার)-দা লুপা য়াঙ্খেথক পীরকউ হায়হল্লুই। সরকারনা বাবুমচাগী য়াথং নত্তনা শেল পীবা য়াদে হায়রকই হায়না মীনাইহৃনা তম্নখি।

হেম মনাও-মুপাগা থোইনা ঙাংন-শক্লদে, মরুমদা লেপতুনা হায়রম্মী, "ঐনা পীয়ু হায়বদা লুপা য়াঙ্খেদং কাওবা সরকারনা পীবা ঙমদত্রা?"

মনাও-মুপানা খুম্নম্মী, "ঙমদে; ইতৈমদি গুপ্নগী শেংপ-চাবদগী হেম্না অধিকার লৈত্তে—শেল লৌবা য়াদে।"

হেমনা হায়রম্মী, "করি লোবা য়াবগে, য়াদবগে, মচু ঐ খঙই ইনাও ইবুংঙো! নহাক্কা শেল-থুমগীদমক্তা খংনবা, কেশ-মুং ভোনবা ঐ পামদে। অচুবু ঐবু উপায় লৈতবীনি হায়নদি খল্লুগন্নু। পীনিংলগা পুবক্কুনা পীরো-লাও, অচু নত্রবদি নঙোন্দা হায়বিহৌরিবসিনি, য়ুম অসিগী চেক অমমম হোন্দুনা গঙ্গাদা লোইনমক থাদজখিগনি।"

মচুগী মতুং ঙাইহাক লৈরগা শেল য়্যৌরকই, অচুবু শেল লৌশিনখিদে, শাউচুনা মাঙ্গোল ময়াইদা চাইখায়চুনা লংখোক্লম্লগা কা খোঙ লোনশিন্দুনা হিপখি, মুমিংচুপ্পা করিস্থু চাদে, হৌগংতে, মপুক্লিংদা কলাবুনো নিংশিংচুনা কপ্লি।

অয়ুক পুং তরেং ভাপ্রে, মতম অচুদা মিংকপ খোক্কুনা হৌগংতুনা ঈরু-য়াইথজরা পূজাহ্নিক লোইশিল্লগা কপ্লি, অসিগুম্বা মতম অসিদা মীনাই গুপী চংলক্লগা পাউ পীররে, "মমৌ-ইবেম্মা, নখোয়গী নপামগী মী মরি-মঙা পোৎ-চৈ পুচুনা লাকই।"

হায়নরিঙৈমক্তদা মানদানা চংলক্তুনা খুরুম্মরে। হেমনা মহাক্কী মশক উবমক্তদা পূম্নমক কাউথোক্কুনা চেনশিল্লগা চেজেৎ কোন্দুনা অঙাংগী মতৌগুম কপ্লক্লে। গুরাংদগী মহাক্কী মপী কংলক্লিবনি, ঙসি খঙহৌদনা মানদাবু উবদা মহাক্কী য়ানা থিংলক্লিবা পীরাং অকনবা ঈচেলগুম শিন্থরক্লে। মানদাবু মশাগী কাদা চিংচুনা পুশিল্লগা হায়রকই, "গুণীদাদানা চিঠি ইচুনা পীরকপ্রা, ঐঙোন্দা পীরকউ।"

মানদানা হায়রকই, "মহাক্কুদি চিঠি পীরক্লে।"

হেমনা থাব্বা ঊমহরগুম্বী, হায়রকই, "পীরক্কবা ?"

মানদানা হায়রকই, "পীরক্কে, ঠৌরাণী !" হায়রগা কপ-খোরক্লে।"

হেমনা খোঞ্জেল কল্লপ্না হায়রকই, "কোন্না কপ্প—হৌজিক পাউ তমখো।"

মহাক্না কপ্না কপ্না হায়রকই, "তম্মিংঙাই করিস্নু লৈতে। মহাক চংখিবগী হেক মথংগী নুমিত্তগী অমুক অনাবা হৌই, অমুক কৈ, অমুক নাই, অমুক কৈ, অমুক নাই—হনখিবদা মশক উজবা ফংগনি, 'অস্নুম্না থাজবা লৈত্রে।"

হেমনা হায়রকই, "অহুগী মথা তম্মু।"

মানদানা হায়রকই, "অহুগী মতুংদা বর্দ্ধমান হায়ত্রা কদায়-দগীনো পাউ ফংহনা মন্দোল থোকই হায়ত্রা কনানোমা লাকই, অহুগী মতুংদা খুভা-ইবুংঙো, অহুগী তুংদা খুভাহনা পোকপা মনাওনুপা, মো, মচলনুপী, মচলনুপীগী মপুরোইবা, কৌজিক্তি কনাম্নু অমুক লেমহৌবা লৈত্রে। যুমহু অহাংবা মচেং অমত্তা লৈত্রে।"

"ঐনা লোইনমক তাম্মোকনি—অহুগী মথাদি ?"

"চাহনা থক্কুনা কম্মহনা লৈরি। বাবু মথক্তা অহুম ফিপ্পুনা লৈ, ডাক্তর য়েংদে, মাইবা কৌদে, হিদাক চাদে, অনাবগী চিঞ্জাক চাদে। অঙৈং-অশা ওন্নবদি করকনি হাক্না তাই, অহুবু মাবু কনানা পুবিগদগে ?"

হেমনা হায়রকই, "নখোয় কৈদৌহনা লৈ ? নন্দানা পুহনা চক্লিবা কবিগীনো ?"

মানদানা মরাইবক্তা খুংতুয়া শুজরদুনা হায়রকই, "মাদনি বাবুগী মতম কুইরবা মীনাই, মাবু খুড়াদুগী মচানুপা অভয়না ফুহনা তান্নোকপিগ্রে—অদুক অঙাং মানা য়ু থকই—করি করিগুম্না নুমিত্তা অসুয়া ইরাং ত্রৌর মদুদি, কীনবনা কনাস্তু মপান্দা থোক্লদে—মাবু ঐখোয়গী বাবু ফাওবনা কীরিবনি।"

হেমনা ঙাইরাক তুম্মিন্না নৈরুরগা হায়রকই, "মানদা, য়া অমা শেংবা তম্মু, ঐগী গুণীদাদাবু হিংলরোইদ্রা?"

মানদানা হায়রকই, "করিগী হিংদনি ঠৌরাণী, লায়েং-খোয়েংদুনা লোংনরবদি শোয়দনা ফরক্কনি—অদুবু মত্তৌ অসুয়া হুন্দোক্লুনা থম্রবদি কয়াবু ক্রইনা হিংখিগদগে?"

হেম মিনিট অময়োম মমিং উইশিন্দুনা ফমদুনা লৈ, অদুগী মতুংদা হৌগংলরুগা হায়রকই, "মানদা, নখোয়গী কনখিনবা শেল লৈবরা?"

"করি লৈত্তনি ইবেম্মা! খঙবিরিবদুনি, বাবুনা লুপা অমগী দরকার ওইবদা লুপা তরা পীদুনা থাবিরিবনি—ঐখোয়গী ভাডা ঐখোয়দা য়াউরি।" হায়বগা মহাক্না ফিজিদা পুল্লিবা নোট উংলকই।

হেমনা হংলকই, "কৈদৌঙৈ চংবদগে? কয়েং?"

মানদানা হায়রকই, "হোয়, আজ্ঞা-বেম্মা, হয়েংমক চংপা তাই—মাগী মী ইথন্দা ঙাইরবনি, অকৈদি মীনৌ ঙাক্লনি—কনাস্তু কুইনা থাংবা ঙম্বা নত্তে। ইন্দোল, খুডা, মচানুপা, মমৌ, মচানুপী চপ মান্নে—বিধাতাগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয় অসিবু

ছাঁচা অমত্তদা হৈরকপগুম্মী। ঐগী থরায়দি য়াম্না কল্লি হায়ত্রা কল্লিনো, অদুনা হৌজিক ফাওবা খাংদুনা লৈরিবনি—অভয় হায়বা অঙাংদুনা ঐবু নোংমা তান্নদুনা ফুগদবগী ভৌথি—বাবুদা তাক্কুনা মতাং অদুদগী হিংহোই।"

হেমগী মমিত্তা মৈ হৌদুনা চাক্লক্লে,— হায়রকই, "হান্না চংখিগে। ওসি ঙ্কিমর করম্বা মতমদা হনগদগে থঙত্রা?"

মানদানা হায়রকই, "পুংখায় অমগী মতুংদা অমুক হনগনি, ঐ ঘাটতগী থঙলক্লনি।"

"অহ্ ওইরবদি মহুমক্তনা চংলগনি। নহাক গাড়ী লৌক্কনো চংলো।"

"নহাক চংকত্রা আজ্ঞা-ইবেম্মা? ঙসিদি অকবা নুমিৎ নত্তে।"

"করবা নুমিৎনি। থিম্বরনু—গাড়ী লৌক্কম্নো।"

নুমিৎতুগী নুমিৎযুংবা মতুংদা মচানুপা অভয়গী চাক থাংদে:-রক্লগা মমা মনাক্তা ফম্লরে, অদুগা মচানুপানা লুচি অনি চাগ বা তক্কৃরি। মহুগী নাকলমক্তদা অহুমগুবা মরোলদা কাননবা সিঁড়ি লৈ। শকথঙদবী হেমবু উবদা ঙক্কুনা মন্দোলনা হংলকই, "নহাকপু কনানোনে ইবেম্মা?"

"ঐ মীরৈবাক মচানি।" হায়রম্লগা হেম মথক্তা কাখংগ্রে। অভয়না মহাক্কী অঙকপা ফংনা ফজবা শক্তম উবদা কৈশালগী মতৌগুম য়েংদুনা লৈহৌই।

হেমনা গুণীগী কাদা চংলকপদা উয়ে, মহাক ফক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা হিপতুনা লৈরি। তুমদত্রা তুমত্রা খঙবা ঙমদে। মোন ময়াদা শো চবুল তাহনা লৈরম্মী, হেমনা অহানবমক্তদা মহ মফি ফিজিদা ফিশিনগ্রে। টেবিল অমগী মথক্তা অহাংবা হিদাক-লিক্লি অনিখক লৈরম্মী, থাক্সংতুনা য়েংই, লেবেলদা নুমিৎ তরামজানিগী মমাংগী তারিখ থারম্মী। খোদোক পুম্নমক্কু মহাক্তা মযেক শেংনা খঙলে। অহুগী মতুংদা য়োংকী উপু হাংহনা চেক-বুক লৌখোক্লগা শিজিন্নপ্রবা শরুকশিংহ কুপ্না য়েংলগা গুণীগী খুৎইগা চাশিন্নহনা য়েংলকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা মন্দোল অহ কা মনুংদা চংলকপদা ঙকপনা খম থেংগ্রে। লাউ-খোংহনা হায়রকই, "উপু হাংলিবা নহাক কনানো?"

হেমনা হায়রকই, "লাউরিবা করিগীনো, মহাক তুম্বা কায়-গনিনে।"

মন্দোলনা অমুকন্সু লাউ-খোংহনা হায়রকই, "করিগী লাউরোই?"

গুণী তুম্নমদে, মমাই ওন্থোরক্লে, হেমনা হায়রকই, "এনা হাংদ্রবদি কনা হাংগদগে? মহাক্তা?"

গুণীনা য়েংলি, মখোয় কনানন্সু মহ উক্তদে, মন্দোলনা তমথীবা ফংনা ফিংগংলক্লে। গুণীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "হেম, য়োরকপা কয়া কুইরবগে ইবেম্মা?"

"য়োরকপদা ঙাইরি। মঙোন্দা ভাব তানবা ভাকপিয়ু—

"ঐনা নহাক্কী উপু হাংলুবদা মপালগী মীনা ইমুংদা চংলক্লগা লাউ-খোংলগদবা নত্তে হায়বা।"

গুণীনা পূম্নমক ভাব তারে, অহংগী মতুংদা নোক্কুনা হায়রকই, "মখি অহুগী মতুং ইন্না অস্সুক কুইরবগী তুংদা উপু হাংবা লাকপা ওইরিনিনে ?"

হেমনা চেক্কী চেনা মশীং থিনা থিনা খুম্নকই-"হু।"

মন্দোলনা হংলকই, "মা কনানো গুণী ?"

"ঐগী ইচলনি।"

পাউথমসি তাবদা হেম মতু খাও চংখ্রে। অহুগী মংদা মমিং লৈখংত্রনা অমুক্কং মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলম্লগা মকু লুকথহনা লৈখ্রে।

মন্দোলনা হায়রকই, "কদায়, অস্সুক কুইবসি পূম্নমকসি তারক্রিনা ? করম্বা মওংগী নচনে ?"

গুণীনা বা অসিগী পাউগুম নৈথোক্লনা শম্লপা হায়রকই, "খংনহনা চংখিবনি—মাদনা ঐগী পূম্নমক্কি ইন্দোল।"

মন্দোলনা থাজবস্সু ওত্নমদে—ভাব তাবস্সু ওল্লমদে, তপ্না তপ্না চংখ্রে।

মহাক চংখ্রবদা গুণীনা মঙোন্দা থোইনা য়েংলুদনা হায়রকই, "শিরমদায় মতমদা রাখল অসি করিগীনো ?"

অহুবু মসি হায়দোক্লুরগা মহাক্কী মাইথোং উবদা মহাক কীরক্লে। গুণীগী মাইথোং তাইক্কং তাইখ্রে—মহাকপু খুদক্তা কন্নাগুম্বা শাউরবা লাইনিংবগী অভিশাপ্না মিংকুপ্পা নুং ওলকন-শিনগুম্মী।

গুণীনা কীথি-কীক্রম্লনা কৌরকই, "হেম !"

হেমনা খুম্লক্কে, মশা লেং-ওংক্তে। মমিং বু প্ত্রবমখৈ লৈমায়দা য়েংদুনা ফমদুনা লৈ।

গুণীনা খোইদোক্লা খুংশাগীরক্তুনা কৌরকই, "হেম, ব্বা তাওনে।"

হেমনা মহাক্না পাউখুমদা শাংলবা হুংশা মপী অমা হোন্দোক্লগা চপ যুংনা লৈ। গুণীনা ফমুংদা কপ্পিগুম্না মওং অমদা হৌগংতুনা ফম্লে, অহংগী মতুংদা কাংথোলদগী কুমথরগা তপ্না তপ্না য়াম্লা ব্বানা হেমগী মা দা চংশিন্দুনা লেপ্লবমক্তদা হেমনা খঙহৌদনা কুম্হদুনা মখোঙ অনিদা মমাই লোংতুনা কপথোরক্লে, "ইরাল লৈতনা ঐঙোন্দা ময়াম পূন্নমক্লা দঙ্গি পীবিরি—নহাক্কুম্বু পীবিরগত্রা, মসিদি ঐনা মঙদা ফাওবা থনঙমত্রদে।"

গুণী চঙক্লখ্রে। ইঙেনগী অতিয়া শিম্লা মংবা নোংগী মকৌগুম চোয়জায়নরবা অমুবা শম্লাংনা মহাক্কী মখোঙ অনি কুপশিনখ্রে—মঙোন্দা য়েংদুনা মহাক ঙাইহাক চপ যুংনা লৈ। অহংগী মতুংদা তপ্না ফমথরগা হেমগী মকোক্তা মখুৎ য়েং থম্লদুনা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "নঙবু করিগী দঙ্গি পীগদৌরিবনোনে হেম, ঐবু মুংশি হায়দুনা ঐনা ইশাবু ফাওবা দঙ্গি পীজদে। মসি দঙ্গি নঙ্গে ইবুংগী ইবেম্মা, চহি মরি য়াম্না ব্বারক্রবগী তুংদা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা ফংলিবা শান্তি অসিনা অরোইবা মুমিত্তা ফংঙমদ্রবা গোংশক অদু ঐনা নঙোন্দা পীরমগনি—চংসি ঐখোয় কাশীদা চংগ্রসি।"

হেমনা মমাই লোৎতুনা বম্রা কপ্লা হায়রকই, "চৎসি, অহুবু মসিবু নহাক্কী অরোইবা য়াথংলা! মসিবু ঐনা খাঙজদা ঙমগন্রা?"

গুণীনা হায়রকই, "ঙমগনি। সংসারদা নুংশিবনু ঙ্খাইদগী অয়াংবা থাক্তা থাঙ্গংলবগীদমক্তননি কায়নবনা গুরুগী নাপদু মশৌগুম্না মপাল নাইদনা মতিক-ময়াই লৈবাগী থোংজিলদা লেংদুনা মতম পুম্নমক্তা মথুং তিত্থোর্নরিবা, মহাক্তা থবায় পাং বগুম্না পিরবা লংশিবগী শঙদা অরেম্বদা চংপা নত্তে— মসি খঙবা ঙম্লরবা মতম অহুমক্তদা খাংবা ঙমগনি। পেম্নাইতবা মপাম-নুংশিমক্তা অথোইবা প্রেমগী থবান্নি, মসিগী মভেংমক্তনা মহাক্তা কাব, কয়া, মধুর কয়া, মমল নাইদ্রবা পীরাং কয়া পৈশিন্দুনা থনম্মী হায়বা খঙলরবা; কম্নিগীনো রাধাগী চহি চাম্মা চুপ্পা কায়না-মৈশানা বৈষ্ণবকা থবায় শুইরিবা, কম্নিগীনো প্রেম-মিলন অহু ফংদবতনা নিংথিনা মপুং ফারিবা, মৈচাক্তদা মধুর চেল্লিবা, চিংনবা লৈতনা মসি লৌশিনবা ঙম্লরবা মতম অহুদা খাংবা ঙমগনি হেম। হৌগৎতুনা ফম্মু— চংলসি, ঙসিমক ঐখোয় কাশীদা চংথ্রসি। নুমিৎ থরনি হিংলিবগী মতম অসিগী অরোইবা সেবা নহাক্কীনি, ঈশ্বরগী আশীর্বাদতগা অশোয়-অভাম য়াউদনা নহাবুপু পুন্সি চুপ্পা অচুম্বা লম্বীদা চাত্লিবা-থননগনি।"

লোইরবা